নং লুরাং য়ুমদাবীবা
"লাইরেঙ্গম মংলেম মৈতৈ"
সাং লাইরেঙ্গমদা লৈবীবা
ঐগী ওজা ইবুংঙোনা
পংলবা শিংদ্রিবা ঐবু
পুক্নিং মুংশি খোইচংনা
পাগী পুগী চংনলমদাং
লাইরকচন, পুরাগি কয়াবু
খঙলসনু হৈয়সনু হৈহৈ
তম্বীখিবা পুক্নিসিমগী
শিংঙম্লোইদবা লমন তোংশিংদল্লে।
ঙরা তাকপিখিবদা ঙমিগনা
হৈডমখিদ্রবা পাংগ্রবা নুনাইনা।
ইজবা লাইরি মচা
অসিমতং ওজা ইবুংঙোগী
নকমদা কচ্চরি কাংনবীবা
লৈত হয়াও-হয়াও লৌবীখুকো।"

কচ্চবা
মঙ্গাং মোংদম্বা (হাকেশ্বর)
ইরোম-মৈজ্রাও।

# ৱাহৈ খরদং

পুন্সি নোংদম (ময়িলোল) কৌবা লৌগ্রাকপম মওং নোংদম্বা (রামেশ্বর) না পুখোকপা লাইরিক মচা অসি য়াম্না কুপ্না পারে। ঐখোয় মীওইবগী থুবাক ময়াইদা লৈরিবা ময়ি কয় মুক অসে অরেম্বা কায়দবা অমত্তা নত্তে। মতাকী লাইরিক অসিনা কোংদোক্লিবদি মরি:হায়বা অসিনা মীওইবগী পুন্সিদা তৌগদবা থবক খোঙম কয়াবু তাক্লি।

মী মাগী মাগী মরাইবক্কী ফল, হকচাং, পুন্সি লাইনা লাইথু:, ইনাক কৈরাক থুনবা, লন-থুম, মহৈ-মশিং, লাইরিক-হৈগদবা-হৈ রোইদবা, মী মীনা তৌগদবা শিনফম, লাইবক ফবা, পুকচেল শিক-পা চাউবা, রাখল সৌশিং, লাইবক্কী ওম্বা নোংদম, মিংচৎপা অদুগা মচা য়াম্না পোকপা, লাইরবা অনংবা, মপা মপুগী লন, থুম ফংবা মরাইবক ফবা ফত্তবা মথল মথা অয়াম্বা কয়ামরুমদি ময়িগী ফল্না তাক্লি হায়না কোংদোক্লি।

মীওইবগী ময়ি হায়বসি খপ্মোয়গী অথুপ্পা য়েংনবা মিংশেলগী মশক্লি। পীক্লবন্থু লাইরিক অসি য়াম্না মগুন লৈবা লাইরিক্লি হায়-জনিংই। মী অমগী খোংদগী কোক কাওবা হায়কেত্তং য়েংবদা মী মাগী অফ-ফত্ত মগুনবু য়াম্না লাইনা খওহনবা ওম্বা অকুপ্পা মরম কয়াস্থ য়াওরি। মপোক্কী অফ-ফত্ত, নুপা-নুপী মুপ্তানবগী অরা-মুং-ওাই, স্বরগী মরম, অকবা মচা-মত্ত কংমবগী অকুপ্পা মরম কয়াবুস্থ কোংদোক্লি।

অহোংবদ ঐনা হায়জনিংবদি ঐখোয় মীওইবগী তঙাই ফদনা থঙ্‌দাকনবা হিরমশিং অসিবু লাইরিক অমমম্‌দং অসিবু লৌথিজন্‌নৈনবিরবদি ইশাগী অমদি লৈবাক্কী ওইনা মাম্না য়াইফগনি খল্লি অতুগা মতুংদসু অচৌবসিনা মসিদগী হেন্না ফবা ইনাংকী ওইবা লাইরিক কয়াসু পুথোকপীরকপা ওইসনু।

শাপম মনাও মৈতৈ

প্রেসিডেণ্ট:

পোইরৈ মৈতৈ লাইনিং চৎপা লুপ

মনিপুর।

# ব্রাহৈ খরদং

লাইরিক মচা অসি খ্বাই মীয়াম্গী মকমদা খুদোল তমজনিংবদি মৈতৈ ইপা-ইপুশিংনা তংনা থাম্বা য়াদনা চংনরম্বা অমদি শিজিন্নরম্বা ইপানাং-ইপুনাং চংনা লমদাং লাইরকচনবু মৈতৈ মপারি অমা ওইনা ইপুক্লিং থোইদজরকবনা অরিবা লাইরিক কয়াগী অচৌবা মতেং লৌকরগা ইমৌ-নৌনা অমুক শেমদোক-শেমজিন তৌরনা পাংথবা তোল্লগা মনাইনা পুথোকচনিংবদগী খুদোল তমজবনি। ঐমা হৈহুনা খংহুনা ইথৌ ইশু লৈকংচবা নংচদে। লাইরিক অসিদা মৈহৌরোল পুরান যুমফম ওইরগা "তাইবঙ হৌরকফম মঙ তাকপা ইপা অমসুং ইমা" মশক খঙনবা অকুপ্পা মরম খরসু ফোংদোক্লি। ঐখোয় তাইবঙ মীওইবসে মপোক লাংওন অহুমসুবদা তাইবঙ মী ওইনা "পা-পী নাইনা য়ুম্লিং য়ুমদিন্নহুনা "চিংউ নোংদম্বা মপু উংলৌ য়াইনিরেংশিদবা" চৌংউ মাগী থৈজান্দগী ঐখোয় মীওইপোক অসিবু ফওমজবনি। অহুগা পাংথৌ ইপা অমসুং পলেম ইমা অনিনা শেম্বিহুনা তাইবঙ মীওইনা পোকপীরে, মখোয় অনিবু "চৌংউ নোংপোক লাইনিংথৌ" মহাক্না শেম্বীবনি খঙগনি। অঙানথবু মমহনবা, অমমববু ঙালহনবিবসু মহাক্নি অহুগা খুদিংমকপু শেম্বী শাবীগদবসু মহাক্নি।

মীওইবনা পুন্সিদা অরা-অনা লাকদবা, অশি-অনা নংগদবা কয়াবু মাইচৌ অমাই পুরেন ওইবশিংনা খুৎকী ময়িবু য়েংলগা অকফত্ত থৌরমশিংবু পাউত্তাকপী। অরা অনা লাকদবা কয়াবু মাংজোননা য়েংহৌবমদি চক থৈবদা মতম চংদে অহুগা অরাবা ফংলবা মতমদা য়েংলবদি চক থৈবদা মতম চংই অমসুং রাই। মীওইবা অমনা হিংবা য়াবা চহী অহুগী মতুংইন্না থোইরেন হায়বা

অমা লৈ মসিদি চক থৈবা ব্রাই, মসিবু পুন্সি ইরাইফম অতেল অশাংগী খণ্ডনবা খুদমনি। অরা অনা লাকদবা চহি মতাংগী মতুং ইমা ঐগী ঐগী অক-কণ্ড লাইবক ময়িব্ য়েংগনি অচুংবা মংকম্ভ্রমা চহী মতাং অচু য়োরবদি ভীনখোং লাইখোং থিদুনা চক থৈগনি। ভুমিং থাগী খোংচংপু য়েংলগা খবক চংথগনি, লাংফমদি থৈনবা যাই থণ্ডগনি। মরম অসিনা ঐখোয় মীওইবসে তাইবঙ মপুনা থাবা লম্বীদা চংপনা মীওইবগী পুন্সিগী পাঙ্গল ওইগনি। মসিনা অখোইবা লম্বীনি পুন্সিগী থৌরম কয়াবু লাইনা খণ্ডবা ঙমগনি। মৈতৈগী গুবীকা কৌবা লাইরিক্তা মীওইবগী মপোকপু অক-মন্ত খণ্ডবা য়াবা মরম থরম্মু ফোংদোকলি। মী অমগী চহি মতাং মকোংগী মতুং ইমা অক-ফণ্ড: অনা অয়েক অমদি নুপা নুপী যুম্বানমিম্বা ফবা কণ্ডবা খণ্ডম্বা হিরম থরম্মু য়াওরি।

লাইরিক মচা অসি পুথোকচনবা হোৎনবদা মতেং কৌজখিবা লাইরিকশিংদি ১। মৈহৌরোল পুযা (পোম্বি লাং) ২। পুয়া খুৎশেমলোল ৩। পুয়া খুৎথিল্লোল (শুনিকা) ফোংদোকখিবা লাইরিক কয়াগী মতেং লৌজৈ।

অরোইবদা লাইরিক মচা অসিবু অমমমদা লৌবিদুনা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ভড্ডাই কদনা খণ্ডবদা কান্নবা হিরমশিং অসিবু মৈনবীদুনা থরদং কান্নবা ফংহিন্নবদি হোৎনজরুবগী মহৈ কংজরে খনজগনি অমদি অরাৎপা অরানবা কয়াবু তাকপীরক্লবস্ত হয়াওনা য়াজগনি।

পুথোকচবা:

মঙাং বোংদম্বা (রামেশ্বর)

ইরোম মৈত্র'ও।

# য়াওক্রম তাকপা

| মপিং হীরম | | লমায় |
|---|---|---|

# “উং-য়ীঙান লৈশাবা”

ও হৈরম পোক্লেন শাংপা চীংউ লাইমিংথোই, উংলৌ য়াইবীরেন শিদবা য়ারা কোলথাংশাগী পোংথোক মথংলেন্না থেং-তম্লকপা চীংউ য়ারা নখোনজেল লাংবন খোইমু খোন্দানবা শক্লা শোম্না-ঙালনা থোইনা তমজবা হে লাইমিংথোই, কোয়ৌ কাপনা রাংবন কুশি অরাংবা নোংথৌ পনচুম্বা, থরায় মীপোকপা, নমু পোনশেলবা লাইমিংথোই চরাই লৈহেলবা নখোং খুয়ালেল থম্বান লৈঙাং - লৈকা লৈচুনা তমজনবা লৈপাইনা ইয়া নাপী চিক লুরাই শমলাং পাই মালেমদা কোংয়াং চৈনা তাবগুম ইশা কোলজন তুথোক্লা পুরুম থাগোন থৌনিজববু করিনা লৈহুন তমজগা পেনবীববু ওইগবা, লৈহুন লৈরাং হৈরাংগু থংজদে, চংজ রাহৈগু থোথংদে. নোংদম্বগী থৌখন লৈচংজবসে নয়াথংবু থৌপুনা মরুগী পাউতাক তংঙমজবা নয়াথংবু লুরাইথক্তা লৈহাপ্না লাইয়েক য়ারা মঙাদং লৈচং থৌখন ওইজগে অয়াল অশোই থৈগীকপু কুবী নোংদম ওইবীও।

“হং” লাইয়েক, য়ারানা চংজ রাহৈ থৌখন্ ওইজরি। “য়ং’ লাইয়েক য়ারানা কাংহাই থৌখন চংজরি। ‘য়ং’ য়ারা ইখোলনা নখোং থম্বাল অনিদা ঈশেং লৈচং থৌখন তমজরি। “রং’ লাইয়েক য়ায়ানা চাজা অনৈ-অহাও অথ্স্ তমজনা

লাংজগে। 'লং' লাইয়েক য়ারানা উনিংখৌ লৈনম্ববু থিকপেংজবা মথন মঙাগী লৈরাংবু নখোং খাদা লৈরাংজবা ওইজগে। 'হং ময়ং, রং রং লং' রাহৈবু লৌবীয়ুকো নোংদম্বা। নয়াখংবু থোপুনা পাগী-পুগী চৎনলমদাং লাইরকচন "পুন্সি নোংদম (মরি-লোল্)"। পুরারীয় নিংশিংজবা ওইনা রাহৈ খর খজিক তানকংজববু য়েক্রমলগে তাখিবীববু ওইবীয়ু। মৈতৈ ইপারি-ইপুরিশিংনা চৎনরম্বা তাইবংদা অরা অনা তুংদা লাকদবা, অশি অনা নংগদবা অমম্বুং তৌরক্রদবা পুন্সি ইরাইকম খৈবীকপু খঙগদব। খরদং তানকংজকবা ইপুক্ খোইচং লৈতাজবগী লৈমাংদনবা লাইরেক লৈশিন্জবনে, ঐনা হৈছুনা খঙহুনা ইওম ইখোবু লৈউং লৈয়েক-চবা নৎচদে মরু শিংগী চৎলম্, ইপুক খোইদাজবগী লৈয়েক লৈখমজবনি, হৈয়ম ।।

## "তাইবঙ মপোক্পা হৌরকফম মউ"

চক মরিগী ফৈদোম য়াংতরিথৈ চীংউশিংগা খোইয়ুম লাইগবা লৈঙাক লৈপালনা শারবা হম কৌবগী মঙমনদি মুংশাংলকপা, চক মরিবু লৈয়াং লৈখম্নবা হৌঙম্নবগী চীংউশিংনা রাখময়ক্লবদা খোইয়ুম লাই পুরনা রাখমহুনা রাকচিং থাজগী ২৪নি পানবা থংজ মুমিক্তা 'থেংগ্রুম চীংলেন্দা।" লাত্নুনা মপুক অরাবা রাখলগা লোয়ননা করম্বনো হয়ম হায়বা চীংউ নোংদম্বশিংনা থোক্নুনা শাননবা মঙম অসিবু লোমলক্নুনা চক হায়বা মিংলেন মরিবু খাইহুনা চীংউশিংবু কালম্ অমা শান্ননবা রাখল রাত্তনববু খৌংহৌখরে। অদুবু মপোক কালমদি অহুমতা মঙাইরি মসিদা 'নমু তাইবঙ শাখেকপা' হয়বা পরম অসিবু

থৌরম অসিনা ত্তেংবানবা মশক ওইবদা ত্তেংবানববু লেপ্পবা থৌপুবদা রাগুম্না থোক্লগনি।

থবায় য়াইবিবু লৈহাপ্পবদা খোইয়ুম লাইনগু নমু তাইবঙনগু হৌরকফম মউ লৈফম্ না খুঙলয়োই ত্তেংবানবা মপুঙ্গী লৈফম্ লৈমাংনবগু থোকঙম্মী। থৌরম অসিদা নমু তাইবঙ প'নববু শাথোক্লবা থৌপ্পবসি তোক্লো পয়ম অসি মশক মউ মীতম্বা হায়না তুংগী শিন্দম পয়ম শাননবা লিক্লম ওইনা থম্লসি মচু ঙরুক্কা মরেপ্পি অসিবু নমু তাইবঙবু কৈদোম মরি থাইনা শাননহন্দ্না তাইবঙ কুম্মৈবু য়েংগনি হায়রমা চৌংউ নোংদম্বনা কুবিখিববু খোইয়ুম ঐখোয়না করি কমদোনা তাইবঙ মশকপু শাথোক্ননা- শাকোংলগা ত্তেংবানবদা কৈদোম মরি থাইনা তাইবঙ কুম্মৈবু শাননাহন্দ্না চৌংউ নোংদম্বগী মফমদা লৈহুনতম্বা ঙমগদৌরিবনো। 'পা-পী' নাইনা য়ুমলিং য়ুমদিনন্দ্না চাদা নাওদাবা হায়বা চংলম লীক্লম অমা থৌপুন্দ্না তাইবঙ ইপোক খোংলম্ ওইরসি নোংদমন্দুনা খোইয়ুম ঐখোয়বু য়ুমদিন য়ুম্বান্না লৈঙমলকপবু হাকনসু মুংশাংলক্লে। তাইবঙ মপোক হায়বা অত্তুগী মরম্ মশকপু উবা থঙবসু তানকাংদে অসিবু করি করম তৌরগা চাদা নাওদবা হায়দুনা তাইবক মপোক হায়বা অহুবু থঙগা উগদবনো হায়না বাহোমলরে।

থে ইয়ুখশিংনা 'অরুংবা চৌংলেন অসুম্না নমু থুন্দা অতানবা খোইয়ুম লাইবু অসুপপা' নোংদম্না মউ লিংঙম্ন চারিগী য়িপাল

থাঙম্বা চীংউ নঙনা করম নোংদম্বীগদগে নোংদম তম্বীরে: থৌনিরবদা —"কৌক্র মরু 'অশিবনা" হায়রে চীংউ-খোইয়ুম্ পুম্বনা নোংদম থৌদা তম্বীদবগী ঐবু অহুক্ লৈঙম্জবনি, চীংউ-খোইয়ুম পুম্বগী নয়াখং থৌদা থৌপুনা নোংদম্ য়াইবীকোলদা চত্তুনা অহুক রাহোমলুরগে খোইয়ুম পুম্বশু লৈহল্লো। লাইমিংথোই কৌক্র মরু অশিবনা কোয়ৌথক্তা চোংথংলক্তুনা নোংদম য়াইবীকোলদা চংলক্তুনা রাহোয়রে।

রাহোম রা তাবদা নোংদম্বনা নোংদম্মীদো. "হে চীংউ অথেইবা লাইমিংথোই" নঙনা ঐবু কৌথোক্লদবগী ঐবু থোকঙম দনা লৈরবনি। ঐব্ তাইবঙ ঈপোক্তা পোক্তুনা তাইবঙ চংলমগী কুম্মীন্ শান্নাহন্দুনা নোংকোয়ৌ খুদিংব্ থৌয়েংনা লৈঙমগে নিংবব্ থোকঙম্বা য়াদবগী ঐসু নঙব্তা ঙাইতুনা লৈবনি। হৌজিক্তি নঙনা ঐব্ কৌথোক্লবনিনা নঙগা ঐগা লোয়ন্দুনা চংলম্ তাইবঙ ঈপোক খোংলম্ তানফংনবা থৌপুরগে ঐব্ তুক্ ঙাইখো হায়বা প উশারগ। "নোংদম্বা মপু উংলৌ-য়াইবীরেল-শিদবা" চীংউ মঙালদগী মহাক মহাক ওইগদবা মশক অমা ঈরিক কোংগোলগী মশক্সা মঙাল অম পুথোক্লে। মশক অদুব্ নোংদম্বনা হায়রে— হে-থৌরা থোংঙারেন থরায় য়াইবি শিদবা নঙনা তেংবানবা অসিদা তাইবঙ মশক ওইনা শিনথংনা চিংথ মান্বা লৈতনা থিক্থতুনা তাইবঙ মপোক খোংলম্ য়াত্তুনা পোকলুয়ো লৈরুয়ো।

নঙনা শাম্নগুদবদি পোকপগু পোকপা, শিবগু শিবা, শিন্নগা অমুকম্ম পোকপা খোংলম অনি অসিবু শাম্নক্না মালেমদা লৈরুরে। নঙন্না কোইনা শিনথুংনা শাম্নবদো ঐনা ইমিৎ খোইচং লৈতানা য়েংলগে নোংদমলেদো।

খোৎরা খোংঙারেম্না মদেএ, হে চৌংউ নোংদম্বা নঙনদি ঐবু খাইদোক্লে ঐনদি নঙবু থদোকুনা চৎপা ঙম্মোইরে ঐবু খাইদোকনো খোৎমাদে। নোংদম্বা চৌংউ অখোইবনা হায়রে হে থম্না খোংঙারেন নঙবু ঐনা থাদোকপা মরেরে, নঙ-ঐ মতম পুম্বদা খানবা লৈতনা লৈগদবনে। তাইবঙ ওইকগদবা নঙগী হকচাং অচুদা ঐগী লৈনবা লাইশং হায়বচুবু মীওমনা শেমগং-শাগৎকদবনি, খোইমুম পুম্ববু লৈংচংমা পোয় মখোয়গু তাইবঙ হকপু ওইগদবা হক অচুদা মানা মানা লৈনিংবা হক লৈকম থুদিংদা মশা মশাগী ফমলেন কম্নাৎ লৈকম্না লৈগদবনি। মখোয় পুম্বা লৈশঙচুনা লৈরিবা লাইশঙ তাইবঙ ওইগদবা হক অচুগী মমুংদা ঐগী থিচুম পুংগোই অমা শাচুনা ইশা পুংগোই অচু অচুনা চংচুনা পক্কনা লৈগনিয়ে। তাইবঙ মশক্না শাম্নবা কুম্মে অদো নোংকোয়রৌবু নোংগাংদমা য়েংচুনা ঐগী থৌশিন কুম্মে মুংঙাইবা ওইনা য়েংচুনা নঙগী মিপোক্পী অরোইবা মতম কঙববু ঐগু লৈগদবনি। হে চিংউ নোংদম্বা নঙনদি লৈমদবী অমুবু মংনদি পোকপা শিববু নাইদবনিনা নঙনদি ঐবু চাগদিদো ঐনদি নংবু উজবদি তানফংলোই।

তাইবঙ হকশেলদা ঐবু কাইদোংবা চংশন্নু তাইবঙ হকপু শাথোবস্নু ঙমজরোই। হে থৌরা থোংজারেল ঐবু নঙনা করি উরোই থঙলোইদবা, নঙনা শাথৌরগা ঐনা তোংহনা লৈগদবরি অহুপা থৌরা থোংজারেল নঙনা উপে নিংবদা হেক্কা থিরকউ,য়েংলকউ কৌরকউ। ঐনা লৈগনবা মকমদি ঙদা থঙদবা লৈতবা লৈকমদা অমমবদা অঙাংবদা শিনথুংনা লৈরিবা মশক ঐনি। ঐনা তাইবঙ হক্তা লৈবদু অতকপা অমবা অঙাংবা লৈকমদা লৈগদবনি। নঙনা ঐবু য়েংবা থিবঙদি তাইবঙ মশকী ঈপাথলাংগী বিংলাংবা থিগ্নু য়েংলকনু থম্মোয়মুংগী বাখলগী মিংলাংচোনা য়েংহনা মনৌশিংগী মরা মিথোল অহুনা মিপাল্লাংদি থোক্তনা কৌরকউ মঙব্ ঐনা শংহনা কাইদোংহনা লৈবদো থঙগনি উগনি।

হে চৌংউ নোংদমা মুবী নোংদমদি তবীরে অহুব্ ঐনা তাইবঙ হকচুংদা শাথোহনা লৈরগা করি কমদৌনব্ ঙমগবনো। থৌরা থোংজারেল নঙনব্ ঙমগে নিংলবদা ঙমলোইদবা করি লৈবগে? নঙব্ ঐনা থাইদোক্লুরবমিনা চাক্তবা থোকবদি য়াদরে নঙব্ কৌথোক্লুনা পুগদবগী লৈরাইলেন্দগী থোজারক্লুনা চৌংউ নোংদম্বা তাইহনা লৈরিবা অসিনি। ঐগী থৌদাব্ নঙনা থোঙম্না তেংবাংবদা শথোক লৈশলনবা তৌকরো। নঙনা হায়বগু চৌংউ ঐনসু থৌরাগে নঙনা লৈহৎকপা খুদিংগী মুকতা অমমগু লৈচুপনা ঐগী হকা লৈদিনা লৈতমদি নোংদমা মুথিরে অহুনা নোংদম থৌদাব্ হিক্লোকচনা ঙমদবা থৌরাজরে।

কে চৌংউ নোংদম্বা নয়াখংবু থৌপুনা তাইবঙ ঈপোক্তা পোক্লবদি শিগনি শিরবদি পোকনি হায়না কুবি নোংদমগ্নিবদো ঐনা লৈহমজরকপা মতমদদি কুবী নোংদম্মা নক্ষমল্যাংলা লৈ-তিনজব থৌরম্ অহূতদি কুবিমু থৌনিনা থৌরা খোংতাম্না হোয়াজরে থৌবা খোংতাম্নেনগী থৌনিবু তানকাংহমগে। নোং-দম্বনা কুবিহ্না লৈহন্ খোংলম্ব থজনবা লৈহৌনবা নাওয়োম্না কুয়োম্বীরে। থৌবা খোংতাম্নেনবু কৌখোত্নু ন্য হেংবাদুম্নয় মপুন্দগী থ.ইদোক্না কৌক্র মরু শিদবনা কৌখোক্না লেয়াইরেম্দা তাইবঙ ঈপোকপু ঈশনখোক্নুনা পোকলুনবা পৃতন্নে হায়হ্না মমিংবু "কৌম্বু য়াইবী শিদবা হুং শম্বু লন চৌং পীং খীকমবা" থৌবা উংলো য়াইবীরেন শিদবা হেংবানবগী মপুনা অতিং- কোক্ থৌবা-খোংতারেন কৌম্বু-য়াইবি শিদববু নাওয়োম্বীহ্না মমিংবু "উই-ফুং-কেং ককলাচী মিংহন্লে"। অহিংকোক মরু-শিদবনা অমম্বা কৌবা মশকপু য়োমহ্না থমলে, অমম্বা হায়বা মশক্লা মুংশিংপু য়োমলে, মুংশিংনা লৈচিনগী মশাকপু য়োমলে, লৈচিম্না ঈশিংবু য়োমলে, ঈশিংনা কৈশাকপু য়োমলো মশক তরক্লা কুয়োমহ্না চৌংউ কৌক্রগী মকমদা লাউয়েম্না শিমরে। চৌংউ অশুম্বা নঙনা কৌম্বু য়াইবীরেন্ শিদবা মুসিবু চেংনা চাম্না তৌহ্না তাইবঙ ঈপোক্ খোংতম্ ক্লাইহন্দুনা মথং মথং থকখন্দুনা মপোক খোংলমগু লৈহন খোংলমগু নোংদমনা পুকনক্লো। ঐবা = শীকিপা মশক ক্ষককে অশিপা কোক্নবা চৌংউ মখোয়না তাইবঙ হকপু শেমদুনা-কুমি নোংদবা কেয়গদ্রুনি নোংদমনা কৌম্বু য়াইবীরেন শিদবনুং শিমদুনা পুথক্রে।

কোমু য়াইবী শিদবা ( খোরা খোংড়ারেন্ ) হায়বা লাই অসে তেংবানবগী মপুরেল্ সানা-ইতম খোইশাখোকপা ( উ'লো য়াইবীরেন শিদবগী) মহ'কী মহাক ওইবা মশক্তি অতুগা মপু মহাক মক্তি থংঙো। নে'ংদম ময়'থংবু খোঙ্গরবা থোপুনা মুংশি মুংঙোল,না কোয়ৌ অহুম্ খো'ইমুম, অশুম্বা কৌক্র অশিবনা মচা মনাঙ্গুম্বা রাখম্বা লৈমিন্নরিয়ে, অহুমুংগীবু কোমু য়াইবি শিদববু অমুক লাই-মিংবু ( কৌবরেল মিংহুম্না লৈমিন্নরেদো। লৈকম অসিদো শাখোক্ লীকলম্ খোংদাবা হৈরুং- লীকলাং খেংফম অমনিদো। নে.ং-কোয়ৌ নিনি চনবদা (লোকয়াই লাইজিংশোংবা) মিংহুনবীরে। নে.ং কে য়ৌ হুমনি চনবদা (সানা-লৈতরুনপ ) না পোকপা-শিবা লীক-লম লৈবা খৈবীকপু শান্নবিবসে লাইমিং অহুম অসিতনা শান্নরিবনি থংউ।

শেম্বী-শাম্বীগদবা লাই ,হায়রবদি অসিনে, ঐবু শেম্বীগদবসু চীংউনা শাইওন্দুনা শেম্বীগদবনি অসিবু "চীংউ নোংপে ক, লাই-নিংথৌ য়াইবীরেন শিদবা" কৌবদি অসিমি। অঙানবরু মহুনবা অস্মবরু ঙালহনলিবসু মহাক্তি। চীংউ শিদবগী লাইমিং মেকববু (কে-কে-রে কো শরৈতুনপ পোক্লী-সানা কোন্কুপ্ - মোং হোং উংতিললৌ তিদরিক কাং) কৌয়ে।

তাইবঙ মীওইবা ঐ:খায়সে মপোক লাঙঙোল অহুম শুবদা তাইবঙ মী ওইনা পোকএ নোংকৌয়ৌ অমগী মনুংদা মিকুপ বাহুম অমগী মনু'দা ওইরবসু মী মহাক মহাকী মিংলাংঙানা উরুনা খঙলুবা খৈবীকপু মুশীদাং তুং থুন্ তানবা তুম্বদা ওইরবসু দত্রগা

থিরুবা মীনিল্ মীশা লাঃত্রবা মকমদা কমহুনা উনবী পুক্সিং য়াথল তৌহুনা পুক্সিংনা লাকশিন্নবদা মহাক মহাক গুইবা মীশক অহুবী খংঙোয় মংদা মরি পুয়মকপু় তাহনবা ওন্তীদো। অহুবু ঐ ঙায়বা মশক অসিমদি পুক্সিংনা লাকশিনবদা মতং মরি লৌবা য়াদে। 'শকয়েং মীংশেল অমা মাঙদা থারগা ঐগী ইমিবু উইএ অহুবু খুমজীনথবদি ঐনা লাকশিনবা য়াদে, লাকশিনবা য়াত্রিবা পুন্দুনা লৈশ্রিবা, চিংশিনবা য়াদবা হাপকম থমকম লৈতবগুম লৈশ্রিবা অদো হুং শিদবা মপু মালেম তাইবঙ অঙানবা মৈ তয়ং, ঈশিং তয়ং মুংশিং তয়ং ঈপাকথঙ্কা তম্নং হীয়েন হোল্লিবা ঈথৈ অহুম পুরিবা তাইবংবু অমুক ওন্না কোনথবা মুমিদাং ওন্না কোনশিনবা তয়ং মালং শিদবা তাইবঙ মালেম মকম থুদিং শিনবা থুংবা সন্না লৈবা পন্থো ঈপা লাইগী নিংথৌ সনামহিনে।

ইমাগী খোমলাংমন্দি সনানা শ্মামু মক্কোকমুক চাউনা দান তৌরবসু ইমাগী লম্ম শিংবদি মঙমদ্রে। হন্দকী খোম-লাং ইনবিরিবা ইমা হায়রিবসিগী লমনবু মীওইবা ঐখোয়না শিবগী মতম কাওবদা শিংবা ওমলোইদবগী মওং তাক্লি। কনাগুম্বা ইনাক কৈয়াক থুনবা, মরল মথ ম য়াম্না লৈবা, মরূপ মপাং, শাগৈ, ওাই-সেল য়াম্না কয়বসু ইমাগী লমম্ শিংঙবগী বাকয অসিমদি ইপম পন্দে। অহুনদি হনদকী ইমা অসিবু ঐবু হেক পোকপীবা থা তম্না নাউপুম্বিবা ইমা

ওইগদ্রা ? অদুবু ওইরবদি থরদং মতিক মগুন লৈবা মীগী মমা অমবু মচাদুনা মনিং থুংলবা কংচবা পোৎলমদা অচৌ-অপিক কয়ানমু মনিং থুংহনবা ওদগী রকম নত্তেএ। অদুনদি মীওইবনা হেক পোকপদগী শিবা ফাওবা নাওয়োক নাওকোনবীবা ইমাদো কনানো থম্বা চুমই।

মীওইবনা নাররুবা, য়াররুবা মতমদুদা "ঐয়ো ইমা" হায়বা য়াবা খোন্থোক অমা পীরকই। পীরকইবা খোন্থোক য়ারা ইংথোল অদো মতমদুদা পাইমা পুক্কিংনা নীংদুনা হায়খিবা ইমা মাদো হৌজিক পোকপীরকইবা ইমা মাগী চেং-লৌ শককমবু নিংখিদেদো।

মতমদুদা থনখিবা ইমা মাদি ঐখোয় ভাইবঙ মীওইববু অহানবা শেম্বীখিবা পোকপসু য়াওদবা, শিবসু য়াওদবা ইমা মাগী মফমলাংদা ঐয়ো হায়বা য়ারা টখোল পীখিবনি। "ঐয়ো ইমা" হায়বদি ইমা ঐবু কনবিয়ু, ঐবু য়োকপীয়ু হায়জখিবনি। অদুগুম্বা ইমা মাদি লৈময়েল শাইয়োল অথোইবী লৈশিরেল লৈপুনবী ইমানি অদুগা পলেম ইমা কৌবদি লোইদাম থাজা তরা লেম্না নাওপুরকপীবু ইমা কৌই। পলেম ইমা অমসুং পম্থৌ ইপা কৌবদি "চাংউ নোংপোক নিংথৌ য়াইবীরেল শিদবা" মহাক্কা পুথোকপীবনি।

মীওইবা ঐখোয়সে পলেম ইমাগী পীবুকমুংদা মীরেন্ পাখোং লোল্লিগৈদা কমলেন্ কয়াং তরেং য়াংলক্লবা মী মাগী মওং মপুং কারক্লবদা শিংখেক শিংথারবপদা পান্নী ওইবনা য়েংকী খুবাক্তা. মযোম ওইবনা ওইগী খুবাক্তা তাইবঙদা তৌরক্‌-দবা পুন্সি ইরাইকম পুন্নমকপু ইমা মহাক্না য়েকখিয়ে। খুংকী মৱিব্ য়েংবা তারবদি মুপা ওইবনা য়েংকী খুবাক্তা অদুগা মুপী ওইবীশিংনা ওইগী খুবাক্তা য়েংলগা মৱিগী রাবু হায়রগনি। পলেমগী নাওয়োমমুংদা লৈরিগৈদা ইরকপা মৱিবু মরুওইবা অদুম য়াও-রকই মদুদি:— ইপা মৱি, ইমা মৱি অমসুং পুন্সি মৱিনে অসি য়াওরকই। অতৈ কয়ামরুমদি কোন্না চহিগী মতাং মতুং ইন্না চোংথোরকই।

তাইবংদা অর-অনা লাক্কদবা, অসি-অমা নংগদবা পুন্নমকপু মাইচৌ অমাই পুরেল, ওইবশিংনা খুংকী মৱিবু য়েংলগা থোরম থৈবিকপু হায়রকই অদুগা অরা অনা লাক্কদবা কয়াবু মাং-হোননা য়েংলবদি চক থৈবদা মতম চংদে, অরাবা কংঙবা মতমদা য়েংলবদি চক থৈবদা মতম চংই। পুন্সি মৱি অসিদি হকচাং-লোমদা, খুজেংলোমদা অমসুং খুৎচেপতগী মথকলোমদা কাই। ইপা অমসুং ইমা মৱি অসিদি খুৎ মতোল্লোমদা চংলি অদুগা চহি নিকুন্দা লেপ্পী। মরক্তা লৈবা মৱি কয়ামরুমদি মীনা হিংলিবমথৈ মুংথোক মুংশিন তৌই থোরামিল্লাক্‌ৱনি। মৈ, ঈশিং, মুংশিং লৈবাক, অতিংঙা ওইবা মৱিবু মুন্না খলঙগা

খুৎকী মরিবু য়েংগনি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, লৈবাক, অতিংঙা ওইবা মরিদি ইপা মরি, ইমা মরি, লাইবক মরি· পুন্সি মরি অমসুং ঈহৈ মরি মথোয় মঙা অসিনি।

খুকমঙ্গরিয়ে মথোং-খাদা তান্নিবিগনি জুরাৎপা য়ং'ওবুবসু হাপ্পচিনবিরু জুহেনবা, য়ংওবুবসু লৌথোকপীয়ুকো হে খোইয়ুম লাইমিংথৌ মালেম অম্বুং পানবগী মবুংঙো চিংঙ্ লাইনিংথৌ মরাই কোইয়েন্থক্কী চীংউ ওইরিবা খোইয়ুম নতিক চমথৈ থুচৌবনু নতাইরেন, ইবাক-মাবা থাইমা লিতাং শাংবা উনপী মচাক হোংনা তেংথাঙ্গুবে ইতুম থুহসু কুবিও।

য়েক্লিবা খুবাকী মরি অসিদা মরু ওইবা মরি ১৬ য়াওরি মথোয় অছুদি :— ১। ইপা য়ুরিগী খুদম ২। ইমা মরি ৩। লাইবক য়ুরি ৪। পুন্সি মরি ৫। ঈহৈ মরি ৬। ইচাক ইরনগী ৭। মরুপ মপাং ৮। পুকচেলগী খুদম (খুৎশাশিংগী মরম) ৯। মচাগী মরি ১০। মুপীগী মরি ১১। লল্গী মরি ১২। মরিল মশিংথা-গী ১৩। তৌথোরকপা থবক কত-কতদবা ১৪। খুজিনগী খুদম ১৫। মপাঙ্গল শোলবা শোন্দবা ১৬। পুন্সিগী অন্না-হুংঙাই মতম অকুম। খুবাক ময়াইদা শাংবা খুবাক থুংবা মরি কৈনা লৈরবদি কন্থে মখুত্তা জিবা শিবঃ ওই। খুবাক ময়াইদা গোল-ওবা মরি লৈরবদি হুংঙাইবা, ইনাক থুনবা ওই। খুবাক মরি হায়রবসি থৌরম অক-কত্ত পুন্নবকী মতুংইন্না মরি লাকই। খুবী

### খুবাক ময়ি



পুন্সিগী মমিদি খুবাক্কা তাগনি।

ময়াই চুম্না মহ্রি কারবদি লন ফংই, খুদোম্বীদা কারগা অথোইবা লন-থুম ফংই। খুৎয়াইদা কারগা মিংচৎ, ফম্-নাইবা ফংই। খুৎনিংথৌদা কারগা অপানবা পোৎলম ফংই। খুৎনাওবীদা কারগা থরায় পানবা ফংই।

১। ইপা মহ্রিগী খুদম

ইপা হায়না থারিবা ( মথকী খুযেক্তা ) মহ্রি অছু ইপা মহ্রিগী খুদমনি। মহ্রি অসিনা খুবাক মযাইদা ফৈনা লৈরবদি ইপা ওন্না কায়নপল্লি, পুন্সিদা অরা-অনা য়ামই, শাওরগা য়াম্না শাথি- মথুত্তসু মী শিগল্লি, পোৎ লংবদা কাইগল্লি মছুবু কোক্লবা মরমদি চক্ থৈগনি, মচুদি :— শারেং ক্ষায়বা অহিংবা ঙা মচা অমনা শরেন চনগনি। ঙা অছু মকোক্তগীনা মমৈ ফাওবদা থাংনা মতুপ ভয়েৎ থোক্লা কল্লগা লা লাতোন অমদা হাপ্লগা লমলোং অছুম কাংবগী ময়াইদা খুবোম অমা লুনা তৌথরগা ফুম্মু, লাইরা লৈতে পুন্নমক কোক্লে খঙঙো।

২। ইমা মহ্রিগী খুদম

অয়েকপা মহ্রিদা ইমা হায়না থারিবা অছু ইমা মহ্রিনি, মহ্রি অসিনা খম্মোয় মহ্রি নত্রগা পুন্সি মহ্রি হায়নসু লৌবা য়াই। ইমা মহ্রিনা মতৎ-মতৎ নত্রগা থেক্-থেক্ কোন্না কারবদি খম্মোয় শোনগল্লি অমসুং নাগল্লি মহ্রি অসিনা খুৎয়াইদা লাক্লবদি (কারবদি) ইমাদগী উপাই য়াম্না যংই। খুৎকী নাকচেপ্তা ফৈনা চৎপ্রবদি মমা কোনগনদে তোঙাম্না লৈগল্লি।

## ৩। লাইবক মযি়গী থুদম

থুবাক ময়াইদা মযি় য়ুংনা থুংয়াই তম্না কাবা মযি়বু লাই-বক মযি় কৌই। লাইবক মযি় অসিনা চুম্না অরাংবা থাক্ খুং-তোল্লোমদা থুংয়াই তম্না লাক্লবদি (কারবদি) অকাওবা লাইবক ফবা অথোইবা অমস্তুং মীকোক থোংবা ওই।

মযি় অসি লাইরগদবা, লাইবক ফিবা মীদা কৈবা হৌনদে। মহু লৈত্রবদি নিংথোগী মচা ওইদুনস্তু লাইরগদবা, লাইবক ফিগ-দবনি অদুগা মীনাই মচাদস্তু মযি় অদু য়াওরবদি ( লৈরবদি ) ফগদৌরিবনি হায়বা থওগনি। মযি় অসিনা কাবগী অতেন-অশাংগী মতুং ইন্না মী মীগী মরাইবক ফবা-ফত্তবা অচৌ-অপীক লাইনা থওগনি।

## ৪। পুন্সি মযি়গী থুদম

পুন্সি মরি অদুনা খুজেংলোমদা য়াম্না চংলবদি মী অদো পুন্সি শাংগে অদুগা ময়াইদা তংলবদি নত্রগা খুজেংলোমদা য়াম্না চংত্রবদি পুন্সি তল্লে। পুন্সি মযি়গী থওনবা অতোপ্পা থুদম অমনা খুংবাওবীগী মথা (মরু) দগীনা খুদোম্বী মরু ফাওবা চংপা মযি় অচৌবা অদুবু পুন্সি মযি়স্তু লৌবা য়াই। মযি় অদুনা খুদোম্বীগী মরু ফাওবা থুংনা চংলবা মী অদু চহি ১০০ রোম পুন্সি।

ময়ি অসিদা মী পুম্নমক্কী পুন্সি অমসুং অনা-অয়েক, অৱা-অনা তাগদবা পুম্নমক য়েংবা য়াই। ময়ি অহু খুৎনাঙবীগী মপা কাওবদা লৈরবদি চহি ২০ পুন্সি, খুৎনিংথৌ মপা কাওবা ওইরগবা চহি ৪০, খুৎয়াইগী মপা কাওবা লৈরগনা চহি ৬০, খুৎয়াইগী মপাদুগীনা খুৎ-দোম্বী কাওবগী মপা কাওবা চৎখিবা লম অহু চহি ৪০ গী অৱাবা ফংবা অমসুং চহি ৬০ দগী হেনবা পুন্সি লেপপ্পি। পুন্সি ময়িদা অহোবা লৈরবদি চহি মক্তাং অহুদা মহু পানবনা চিকই। পুন্সিগী ময়ি অসিদা লৈকক্নুম্না মচা মচানা থৎলিবা মফম মফম অহু য়োৌনদা মীওইবগী অৱা অনা তাকপ্পি খঙগনি। অহুম্না কক্‌পা মফমদুগী অচৌ অপিক য়েংহুনা অৱাবগী অচৌ-পীশক্ক খঙগনি অমসুং ময়ি অচৌবা অহুনা উরিগুম্না লোংলোকপা মপা অহুরাইদা রাথোকই নত্রগা অৱাবা ফংই।

# ৫। ইহৈ ময়িগী খূদম

খুনিংথৌগী মখোংদা কায়কপা ময়ি অহুনা ময়াই চানা শাংনা চুম্না কাররুবদি মী অদো মহৈ মশিং, লাইরিক্কী লমদা অথোইবা ওই, তমগ্রবসু মচাক মরলদা য়াম্না পীগল্লি অমসুং লৌশিং চাওই। ময়ি অসিগী মনাক্তা ময়ি মচা মচা কাথিল্লরবদি ময়াইবক্কী লম মশিং য়ামই অহুবু মকুপ-মকুপ ময়ামদি মরোং মরোং ওইগল্লি।

ময়ি অসিনা তেন্না লৈরুবদি মহৈ রাংলি, খুৎশা হৈবগী মহৈ, লম্নোন, ইতিক তৌবা কৈ। অতোপ্পা অমনা খুৎ য়েংকী খুবী মরুগী অহানবা ভাং (মরু) দা কৌ মানবা ময়ি লৈরবদি মী অহু

শোয়দে মহৈ হৈ, থবক পুন্নমক হৈগন শিংগল্লী অমসুং শেন তুংই।

## ৬। ইচাক ইরনগী খূদম

খুৎনাওবীগী মতোন্না খুৎনিংথৌগী মতোনগী তাংদগী য়াংবা য়াম্না হেল্লবদি মী অদো লনগী-থুমগী মচাক মরলদা অথোইবা থাক লৈ অদুগা খুৎনাওবীনা নেমলবদি মচাক-মরল য়াংলি, মরম অদুনা শেন দুমগী থবক তৌবা ফে।

## ৭। মরূপ মপাংগী খূদম

খুদীগা খুদোম্বীগা ফাক্তোকপা য়াম্না য়াব্রবদি মী অদু মরূপ য়াম্মী, ডাই-শেন য়াম্মী অমসুং মীয়াম লোইনৈ অদুগা য়াম্না ফাকপ য়াদবা মীগীনা মরূপ য়াংলি, মী মাগী থবক থোক্লক-পদা মী য়ামদে।

## ৮। পূকচেলগী খূদম

খুবী লোংনা য়াম্না থেকপা য়াবা মীদি মবুক য়াম্না ফবনি, মী খুদিংমক্তা তিম্লবা য়াই, অমসুং লৌশিংসু শিংই। অদুগা খুবী চপ তিংবা থেকপা য়াদবা মীদি মবুক লুই, মশাগী ওইজবনা নমা থল্লী, লল্লোন ইতিক অমসুং লৌ ইখোল শুবা পরুগল্লি।

খুবী পংবা মীদি য়াম্না শাওগল্লি, মীনা খজিক্তা হায়রবদা মানা শাওবনা মহেল্লি অহুবু খেন্নগা শিজিন্নরবদি অপং থোনাগুম য়াম্না কৈ। খুংশাশিংগী মওং য়েংলগা মীওইবগী পুকচেলগী অমদি মী অমগী মতিক মগুন পূন্নমক হায়বা য়াই। খুবী হায়বসি মখল অহুম গুই অহুবু মখলশিংদুদি কয়া কুপ্পা হাপচদরে।

## খুদোম্বিগী মরম

খুদোম্বী অসি মপুম মরা মান্নবা শাংনা চাওরগা কৈ। অমুম তৌবা মীগী মওংদি লাইরিক লাইশুনচিংবা ফগাল্লি। খুদোম্বী খোইনা চংলবা মরাইবক কয়া কত্তে য়ৈথাই থিনগাই নংগল্লি পুন্সিদা অরাবা য়াম্বা ওই। মীগী মতেং ফংদে।

খুদোম্বী অসিনা নিংথিনা শাংলবদি হৈশিংবা রাখল লৌশিং লৈবা ওই, মতিক মগুন চাওই।

## খুৎয়া য়েংবা

খুৎয়াইনা মপুম মরা মান্নবা চাওনা শাংলবা মী অহু মহৈ মশিং, লাইরিক লাইশু অকনচিংবা কৈ। মপুক্লিং তপ্পী মীমুংশি চাওই মরাইবক কৈ অমসুং তুংদা ওইরকদবা মরম কয়া থ'গল্লি।

খুৎয়াইনা খুৎনিংথোদগী হেন্না শীরবা অমসুং তেল্লবা মী অহু মরাইবক য়াম্না থীরে। মপুন্সিদা অন্তাওবা, রাখল শেরাম্নবা মথা ফাজনবা ওমদবা চোইদ্রং পাদ্রং তৌবা ওইগল্লি। অসি

তৌরগা সারৈ হৌবা নত্রগা লোক্কী লাইনা সোইদনা পকই ।

খুৎয়াইনা কে'ল্লপ সেপ্রৈ নাপ্রৈ তৌরবা মীরোই অদুদি য়াম্না মরাইবক থিবা নিংবগী মহৈ য়ান্দবা ওইগল্লি ।

# খুৎনিংথো য়েংবা

খুৎনিংথৌনা য়েংবদা কজবা, নিংথিজবা অদুগা য়েংবদা নুংশিবা পোক্লবা মী অদু খ্বাইদগী রাখল লৌশিং লৈবা ওই। মীয়ামগী থবক্তা পুক্নিং চংবা লুচিংবা ওই।

খুৎনিংথৌনা তেল্লবা অমসুং খোইরবদি মী অদু খুৎশা হৈবা, রাখল লৌশিংগী পবক্তা পুমরাং রাংলি অমসুং মীয়ামগী থবক্তা মী-কোক থোংবা ওমলে। তৌইশুসুং ময়াই থংবা তাং অদু শাংলবা মথক্তা হায়রিবা ফত্তবশিং অসি তৌদনা অকবা ওই ।

# খুৎনাওবি য়েংবা

খুৎনাওবী অসি য়েংবদা য়াম্না কজবা মরোং ওইরবা অদুগা চুমদ্রিং চুল্লবা মী অদু য়াম্না ইং তপ্পি, নিংশিংবা কৈ, শোইদনা পন্তিত ওই। খুৎনাওবী মতোন তাবা তাং অসিনা খুদোম্বিনা তারিবা তাং মতোনগা মানন্না শাংনা তাবা মীদি লাইগী মগুন চেনবা মীনি খঙগনি। অদুগা খুৎনাওবী অসিনা কোল্লবা, খোইরবা ওইরবদি মরাইবক থিবা মতম কুইনা লাইনা লাইথুং পকপা ওই।

## ৯। মচাগী খুদম

খুৎকী নাকচেপ খুনাওবীগী মখোঙ ময়াদা তারিবা মশিং অতুনা মচাহুপা মশিং ওইগনি। অহুবু ময়ি অহু অমা তারবসু অহুম তারবসু মচা হুপা মশিং অহুগী মপান চাগনি। মহাক্না য়াম্না পোক্লবসু অতৈদি ফোংহামগুম্বনি, মমা মপা তিন্নরোই নাইতোম তাথ্রে খঙগনি।

## ১০। নুপীগী খুদম

খুবাক্কী ওইরোম থংবা মাইকৈদা নোযনা তাব্রিবা উনশা অহুগী মথক্তা মযি অপোবা নৈবদো হুপী মশিং কোগনি অকুপ্পা অহুদি লোৌরোই।

## ১১। লেবগী খুদম

খুরক য়াম্না লল্লবদি পৈশা পায়গনে,

শেল্লাও প্যায়গনে। খুদোম্বি, খুৎয়াই, খুৎনিংথৌ অমসুং খুৎনাওবী মরি অসিনা মখোঙদগী নোয়না নোয়না কৌরবদি মী অদো লাকপা পৈশা মথুক্তা তুংগল্লি য়াম্না কৈ সুংঙাইবা কংগল্লি।

## ২। মরিন মশিংঘাগী খুদম

খুদোম্বীগী খুৎশা ময়াইনা তাং শাংনা শাংনা তারবদি মরিল মশিংঘা কৈ, মীনা লাকচবা য়াদে য়াম্না কন্ থোই অহুনা থবক অমতং তৌবদা মীবু ওম্বা তাল্লি।

## ৩। তৌথোরকপা থবক ফজবা ফজদবগী খুদম

খুদোম্বী মতোল, কহুনা তুম্লবদি মী মহাক্না তৌবা থবক খুদিংমক কৈজে অহুগা মতোন্ পাংলবদি থবক তৌবদা লুগন্নে. চনিং রাখল তপকন্দে অথ্বা থবক য়াম্না পাম্মি। মৈপোক লাংহো তৌরবদি মী মহাক্না হান্না য়োমকই, হো হো অথ্বা নংতি অহুনা মরম অমদস্নু য়াম্না ক'ন্নে।

## ১৪। খুজিনগী খুদম

খুজিন ভাংবা (ঈ থাংবা) মীদি মুংতাই ইমাক খুল্লি, খুজিন থম্বাল শানা শাংপা লাইবক কৈ। খুজিন প্যাকপা মীদি মীগী উপাই তৌগল্লি মবুক কৈ। খুজিন মথোং পীকপা মতোল পাকপা মীদি লীকই মীগী অরাবা উগনদে মশাগী ওইজবনা নমনা তাল্লি অহুনা ইনাক খুল্লি মীনদি মুংশীদে।

মীওইবদি খুজিন য়াম্না লুনা লৈরগা পুক্নিং অহৈংগা লেই, খুজিন তরু-তরুয়মবদগী ইথং খঙহৌদনা মকশিল্লক্লবদি নুংঙাইতবা অমা থোকদোরে হায়বা খঙগনি। খুজিন ঙৌবা য়ান্না থাকপা মী অছু অরাবা নংগল্লি, খুজিন থিবা মীদি নুংঙাইবা ফংদে অমসুং ময়ম-চৎসু কত্তে।

## ১৫। মপাঙ্গল শোলবগী খুদম

খুৎশা মতোন্‌শিং অছু চপ্‌ চুম্না তিংথোকপদা মহৈ মহৈ নপ্পবা য়াদত্তুনা মরক মবক হোবা অমসুং হুমাং থোক্লদবা মী অছু মপাঙ্গল শোল্লি।

## ১৬। পুন্সিগী অরা-নুংঙাই মতম অছুম

খুৎনাওবীগী তাং অছুমগী অতেন-অশাংগী মতুং ইন্না লেপ-কদবনি অছুনি খুৎনাওবী মথোংগী তাংনা শাংবা হেল্লবদি পুন্সিগী অহৌবদা নুংঙাই অতুগা ময়ায় অমসুং অরোইবা পুন্সিদ অরবা ওই। ময়াইনা শাংলগা অহৌবা অমসুং অরোইবা পুন্সি চরাবা ওই। অরোইবা মতোনগী তাংনা শাংলবদি পুন্সিগী অরোইবা তাংকক্তা নুংঙাই। মীওইবা অমনা পুন্সিবা য়াবা চাংগী শরুক অছুম থোক্নখাইদোক্লগা লেপ্পা অরানুংঙাইনি। শাংবা চপ

পোয়না মান্নরবদি অর'-নুংঙাই চাং চপ মান্নবা লেপ্কনি।

থুবাক ময়ায়দা মমি মমিনা মকুপ মকুপ পাংলৈদা লৈরবদি মী অদো থবক য়াম্না কায়গল্লি লম লাপনা চৎকল্লি অদুগা চহি শুরগা নহাকী অতাবী থবক মশক খঙগল্লি।

# ২। নুপীগী অফ ফত্ত খঙনবা লৈখন

১। নুপীগী থুবাক ময়াইদা ঙাগী মওং মানবা মমি লৈরবদি লাইবক ফবী ওই।

২। নুপীগী মশাদা থম্বাল মানবা মওং লৈরবদি অচৌ-অশাং ফম্ন ইবগী নুপী ওই অমসুং মচাসু ফম্নবা নিংথৌ ওই।

৩। মমি য়াম্না লৈরবদি লুখ্রা ওই। নিয়ম ওইবা মমি লৈত্রবদি লাইরে।

৪। থুবাক ময়াইদা ঈ চেনবা মমি কাওগক্লনা লৈরবদি য়াম্না য়ানা হিংই।

৫। নুপীগী থুংতোন পুম্নমক ইশম শম্নরবদি মপুরোইবা মাংহনবগী মমৈদা অনংবা ওই।

৬। নুপীগী যেৎথংবা খোম য়াংলবদি মচা নুপা পোকই, ওইনা য়াংলগনা নুংঙাইনা মতম লেল্লি লাইবক ফবী ওই অদুগা মচা নুপী পোকই।

৭। নুপীগী থুংশাগী থুংতোলনা ময়াং কংলবদি লাইরে।

৮। মুপীনা কুচু কোলহাউনবী, মশাদা হকচাংগী খুৎ মচা খোংমচানচিংবা মশিং হেন্না নক্রগা রৎনা পানবী, মাগনবী, মতু হৌদবী. মতু য়াম্না চোম্বী মচিন প্রক প্রক লাওবী, মমিৎ পিঙ্গল থংবী অসিগুম্বী অসি ফত্তবীমি লৌরবদি লুপ্তা ওই।

৯। মুপী মমাই চিথেক নাইরবদি ইকাইবা নাইদে অদুগা মমাই কোইদা তাবদি লৌনম চাউদবা হৌনদে।

১০। শগোল মাইতা তাবী মুপী মচা য়ামদে, পোক্ত-বস্মু য়াই। মমাই য়াম্না চাউবী মুপী মরাঙ্গবক থি, মওক চেংবী মরল চেন্দে, মওক শাংবী মুপী মচা যামদে।

১১। মওক তেনবী মুপী মচা তপ্পা তপ্পা পোকই, মওক চাউবী মুপী অরাবা নংগন্নী। মুপীগী ওক্তা মগি অহুম য়াম্না কোংনা লৈরবদি ফজবা সানা লুপানা লৈতেংই।

১২। মুপীগী মখোং খুদোন মওামক লৈপাক্তা শোক্লা নেৎপী থম্বাল অতাংবা মানবা খোং-পানবী অদুগুম্বী মুপী অদু লাইবক ফবীনি।

১৩। মুপীগী খোংবীগা খোংনিংথোগা অনিগী মতোম্না চৎপা লৈবাক তাদবী মুপীদি মরা থংনা মাংহনগ্রগা মনিং-তম্বা লিচৎ তৌহুনা লৈ।

১৪। মমিং সেপতা তাবী নক্ত্রগা রাউথাংনবগুম ঙাংতক তৌ-নগুম ত্তৌবী অমস্তুং মমিং নহা অদু তেখৎ তেখৎ লাউবী মুপী লমচৎ চৎলে।

১৫। মুপী[illegible] কপা। খ[illegible] কুৎশিন[illegible] মীবু শুম্বা ঙম্বীনি অমসুং ইরাং পাৰ্বী হায়[illegible] খভৈন।

১৬। মখাং চেংবী, মশম ফবা, পিশুম য়াম্না ফজনা মমিং ফজবী অফবা মুপীনি।

১৭। খুৎনিংথৌ ফজবী ঙাম্নু কাংঙা অমস্তুং শামুগী খোংথাং মানবা মশা মওং মতৌ চুম্বী, ময়াকুম্নী অফবা মুপীনি।

১৮। মতু তৌদবী নক্ত্রগা য়াম্না তৌবা, য়াম্না থীবা মখাং চাউথোকপী ফত্তবা মুপীনি।

১৯। থরাম্নীচাক্কী মমিং কৌবী, উগী মিং কৌবী, ভুরেনগী মিং কৌবী, অমাংবা জাতিগী মমিং কৌবী, চীংগী মমিং কৌবী উচেক্কী মমিং কৌবী লীনগী মমিং কৌবী, মী-নাইগী মিং কৌবী, অমস্তুং মমিংত্থু হেক তাবদা কৌবা মিং কৌবী মুপী অদু ফত্তবীনি। অদুবু ভুরেন্দগী গঙ্গা গোমতী, যমুনা, সরস্বতী কৌবা য়াই।
উদগী মালতী, তুলসী কৌবা য়াই।
অমস্তুং থরাম্নীচাক্কগী রেবতী, অশ্বিনী রোহীনি মথোয়শিং অসি মমিং কৌবা য়াই।

২০। কনাগুম্বী মুপীগী লাইবক্তা কাং নত্রগা হয়িংগী মওং মানবা সমক্ল লৈরবদি অচৌ অশাংগী লৈবাক নিংথৌগী মুপা ওই। লৈপাক, ললথ্‌ম কংবা ওই। পিতাফম নংভবা পিশুমগী অরোইবদা লৈরগা মরাইবক কৈ।

২১। মুপীগী রেংথংবা খোমদা শমত্র্ লৈরগা মচা মুপা মরি মচা মুপা অনি পোকই।

২২। ওই থংবা খোমদা মচু ভাংলৈনবা সমত্র্ লৈরবদি হংনব-দা মচা মুপা অমা পোক্লগা মতুং অহুদা লুথ্রা ওই।

২৩। ওইথংবা চাইক্লংদা ভাংতক ভৌবা সমত্র্ লৈরগা মতম কুহ-বা অহাও অথ্‌ম অচা-অথক ফংই।

২৪। মুপীগী খোইদৌ মথক্তা সমত্র্ লৈরবদি মরাইবক ফবী মুপা ওই।

২৫। মুপীগী খোইদৌগী নাকন্দা সমত্র্ লৈরবদি মুপা মুপী য়াম্না চানৈ অমসুং মচা মুপা মুপী য়াম্না পোকই।

২৬। কনাগুম্বী মুপী অমগী খোমগী মথদা সমক্ল লৈরবসু মরাইবক কৈ।

২৭। মুপীগী ওইথংবা নাকোংদা ওইথংবা চাইকংদা চা নত্রগা সমত্র্ লৈরবদি অহানবগী মচা অহু মুপা হাম্না পোকই।

২৮। মুপীগী নাতোন্দা য়াম্না মচু অমুবা সমক্ল লৈরবা মুপী অহু লুথ্রা ওই অমসুং অথুংবী মুপী ওই।

২৯। মুপীগী ওইথংবা চাইক্লংদা, নাকোংদা শগোল হরায় মানবা সমত্র্ থংলবদি মরাইবক কৈ।

৩০। কনাগুম্বী মুপীগী লাইবক্তাময়ি অমত্তনা শাংনা লৈবা

অহুগুম্বী অহুদি মপুরোইবা, মচা, মনাওনুপা অমসুং মকুবোরু-চিংবা মাংহল্লি ।

৩১। নুপীগী ফিনুংগী হকচাং অহু থেঙ্গ্নগী অমসুং মোইবুংগী মনম পোনবগুম্না তোংলবা নুপী অহু মন্নাবক য়াম্না ফৈ। অহুগা শামুগী মন্নাইগুম্না তোংলবসু ফৈ। ওইথংবা হকচাংগী শরুক্না রাংলবা মচা নুপীনা য়াম্না পোকই অমসুং য়েৎথংবা হকচাংনা বাংবা হেল্লগা নুপা ঙাক্তা অয়াম্বা পোকই ।

৩২। নুপীগী পাম্বোম অনি অহু শামু মনাতোনগুম্না চাওরগা তু য়াম্না চোয়রবা নুপী অহু য়াম্না লাইবক থিগল্লি ।

৩৩। নুপীগী ফৈবোম অনি অহু শামুগী মনাতোনগুম্না চাউরগা লেংথরোগী মওং মানবা অমসুং তু অকুপ্পা কয়ামকম তৌরবদি মবাযরক ফবী লৈখম ফজবী ওই ।

৩৪। নুপী অহুগী মখোং অনি অহু থুমিৎ রংতক্না পানবা থম্ব ন-গুম্না পোৎপা মখোং ওইবা অহুগা হুমাং তত্তনা কাদ; ওইরবা মতাক অহু পুম্নক্না অফবা ওই ।

৩৫। নুপীগী খোইগী অকোইবদা উনসা চাং, থানা কোইরবা অমসুং থম্বালগী শাংকাইবা লৈরিক্না. তৌরবী নুপী অহুদি খ্বাইদগী হেন্না মন্নাইবক ফবী ওই অহুগা মপুরোইবসু অফবা ফংই ।

৩৬ চিনবান অনি অহু মথক মথা থর ঙাংবা কোইরপনা কোই-দানবা অমসুং ঙাংথোলকপা মন্নাইনা কোকিনগী শুরগুম্না থোৎপা অমসুং য়াগী পরেংনা কুন্দোগী লৈগুম্না ময়া ফজবা ওইরবদি য়াম্না ফৈ ।

৩৭। মীৎ অনি অহু থম্বান অশংবগী মনা তুম্নক তৌনা হুইথনা

তুম্বা ওইববা অমস্তুং পীশুম অনি অদু থাগী চিকুংগুম্বা ও ই-রবদি নৈখন ফজবা শুন্না তিনবা নুপী ওই।

৩৮। শমগী মপৈ অদু য়াম্না কুংনা মচু লংনা খোঙ-খোঙ নৌনা ওইরবি নুপী অদুবু নুপী চক্কুগী অংোইবা মগুন্না চেনবা ওই।

৩৯। খোম অনি অদু ময়াই ওইনা চাওবা অমস্তুং কয়লা অচৌবগী মওংগুম্না ওইরবা অফবা নৈখন্না তিনবা ওই। অদুগ খোম অদু য়াম্না চাউববা, শাংবা অমস্তুং খোমজিন অদুস্ত য়াম্না চাউববা মদু ওইববদি য়াম্না মরাইবক থিরে, মু ঙাইবা ফং-গদ্দে খঙগনি। খোম অদুনা য়াম্না চাউনা শাংনা খোইদৌ য়ৌনা চোল্লবদি মহাক অদু শোইদনা মপুরোইবা হাংলি।

খোমগী নাকল য়েংজোম মাইরোম অনিদা তু হৌনা নল্লগা খোমজিন অনিদা তুহৌবা ওইববা, খোমজিন অদু চখং-না রাংনা পাল্লবা অদুগুম্বী নুপী অদুদি শোইদনা লুপ্রাবী ওই।

৪০। নুপীগী পুক অদু য়াম্না চাউবা (কংবা) ওইরবা নুপী অদু মকু-রোক হাংলি মচা পোক্তে, পুক অদু য়াম্না শাংলগা মনাও মুপা হাংলি অমস্তুং য়াম্না মরায়বক থীবী ওই।

৪১। নুপীগী ময়া পরেং অনি অদু ৩১ শুরবদি য়াম্না চাগল্লি ১স্তুং ৩০ ওইরগবা য়াম্না নুংঙায়বা কংই অদুগা ২৯ ওইরগনা অরাবা য়ামই অমস্তুং ময়া অদু য়াম্না চাউরবদি অপংবা মরায়বক কত্তবা লন য়াম্না চংপা ওইগল্লি। ককোয়গী মতৌগুমনা ময়া অদু কুপনা হায়বদি কুংনা লংনা পাল্লবা নুংঙাইবা ওই। য়া মথক মখা পরেং অনিমা ৩২ শুরবদি অচৌ অশাংগী নুপী ওই।

# ৩। হকচাংদা চা নত্রগা শমক্র থূংবা

(নুপী নুপাগী ওইথোকপা য়াবা মরম)

১। লাইবক্কী মথাথংবা নত্রগা নাক্তোন, মথক্তা শমক্র লৈরবদি নুংঙাইবা মাইফবা ওই অহুগা মিংচং লৈ অরাবা লৈতে।

২) মিংক্কী মথাদা শমক্র লৈরবদি নুংঙাইফম থংদে অরাবা রাখল খন্দুনা লৈ।

৩) ওকশমদা চা নত্রগা শমক্র লৈরগা অনা-অয়েক তৌগল্লি অহুগা লাইরবা অনংবা ওই।

৪) খদাংদা লৈরবদি নুংঙাইবা ওই।

৫) খোইদৌ মথক্তা লৈরগা মশা মউ কৈ, লমচং ফজে। খোইদৌ মথাগী য়েংথংবদা' লৈরগা রাখল-লৌশিং লৈতবা ওই।

৬) মিংথক্তা লৈরগা নিংবা কাইগল্লি, নুংশিবা কায়রৈ।

৭) থম্মোয়গী মথাদা লৈরগা অরাবা তাবগী খুদমনি, মিংচং মাংবা ওই।

৮) য়েং থংবা পম্বোমদা লৈরবদি মশক মতৌ ফজবা, পুকচেল তপ্পা, থম্মোয় ইংবগী খুদমনি।

৯) থম্মোয়দা লৈরবদি নোল্লুকই অমস্মুং থৌজান হৈ।

১০) খোইদৌ মথাদা লৈরবদি মুংঙাই য়াইকবা, মশক মতৌ লৈঘগী খুদমনি।

১১) লাইবক্কী ওইঘোমদা শম, ময়াদা লৈরগা অরা-অনা নংবগী খুদমনি।

১২) লাইবক ওইরোম থংবদা লৈরগা মাইথিবা, নিংঙমদবা ফল লৈবা খুদমনি।

১৩) নাত্তোনগী য়েৎলোম্দা লৈরবদি পুন্সি শাংই, মুংঙাই য়াইফবা ইনাক খুনবা ওই।

১৪) নাত্তোনগী ওইরোমদা লৈয়বদি অবংবা, অরাবা, অপংবা, ফত্তবা লমচৎ চৎপা ওই।

১৫) থবাক ময়াই অচৌবা ত্তু মরক্তা শমত্ৰ্ লৈরবদি মহৈ মশিং হৈবা কবিগী মগুন লৈবা ওই।

১৬) ওইথংবা খোংদা লৈরবদি মুংশি মুংঙাইবা লাইবক ফবা ওই।

১৭) নাকোং মমুংদা লৈরবদি লাইবক কবা মিংচৎ লৈবা ওই।

মুপীগী পুকচেলদি মসিনা মওইরে কনামস্তু হায়রব ওমদে, নিংথৌগী পুক্রিং, শামুগী শাজৎ ফম স্তু মুপাগী ময়াইবক ...... ।

# ৪। মাইথোং য়েংলগা খঙবা খূদম

১। ময়া চৌবা মরিল থাই, মুম পানবদা মথন্তা নাইতোম তাগল্লি নাপল চাউই, মী খুদিংনসু কিগল্লি, মশানসু মী মঙা তরাবুদি ঐনা থবক পাইগনি হায়বা মরিল লৈ।

২। খদাং তেনবা মী য়াম্না তনগল্লি অদুবু মকম চুপ্পা মুংঙাইনিংই অদুগা মচিন মকোই চোম্বা মী ওৎকল্লি।

৩। মশম, কুপ্পা মীদি মবুক লুই থম্মোই শেংগন্দে মশাগী কানবা ওইজবা তাল্লি অদুনা ময়ুমদদি লল্ লৈগল্লি লৈবাক মীয়ামগী ওইবা থবক্তদি য়াংলি।

৪। মশম পোবা মীদি মীন্নংশি চাউই, মীগী অৱাবা য়েংবা ওমগন্দে মপুক লোমদে মীঙোন্দা পীথোক্লি।

৫। মশম তাংথক নায়না চৎপা মীদি কৈ, মুংঙাইবা লম্বেল শোই-দনা লাকই।

৬। মথাং তেনবা মীদি শাওগল্লি অদুগা লায়বক তোংবা মীদি লায়রোই।

৭। লায়বক শাংবা, পিগুম লিক্রুং শাবা মীদি কৈ মতিক্ মগুন লৈ অদুব, পীগুম শুকপা মীদি য়াম্না শাওগল্লি।

৮। খোংবী মরাই কাংবা মীদী পুকচেল অরেপ্পা লৈতে মপুক খোক খোক্, ওনবা রা হায়গল্লী অমসুং মীব্ ওৎকল্লী।

৯। শামু মীংয়েং য়েংবদি মীনা মুংশী, মব্ক কৈ, শাওরবদী মীব্ হাৎপা ঙম্মী।

১০। নোংশা মায়থোং মায় হায়গৎপা, চৎপদা মখোং লাওনা লাওনা কান্দ্রা। চৎপা মীদী রা শুাংবদা নাপন্ চাওই, মীব্ ঙম্বা তাল্লী মীয়াম শুীল্লগা মীকোক থোংগল্লী।

তাইবঙ মপুনা থাবা লম্বীদা চৎপনা তায়বঙ মীওইবগী অপোইবা লম্বীনি পুন্সিগী থৌরম্ লায়না খঙবা ঙমগনি অদুগা ময়িগী লাইবক য়েংলগা থবক তৌগনি।

তায়বঙ মীওইবা ঐখোয়সে মৈ. ঈশিং, মুংশিং, লৈবাক, অতিং ঙা, চয়োল ৭, থা ১২, মুমিং, থা অসিনা নাওয়োমগুম্ য়োমদুনা হিংবনি। মুমিং থাগী খোংচৎ য়েংলগনি অফ-ফত্ত থিরগা থবক তৌরবদি মীওইবগী পুন্সিগী পাঙ্গল ওইএ।

# ৫। হকচাংদা ফাওবা খূদম

১। তুম্বা হৌগৎপা অয়ুক্তী মতমদা হৌগৎলমদাইদা নাতোম্ অনিমক্তা মুমিং ৭ নি শঁর হোবা ওইরবদি য়াম্না চেকশিন্নবীগনি অদুদি পুন্সি লোয়গদৌরে খঙগনি।

২। কনাগুম্বা মীনা খোঙ হাম্লিন্দৈদা (মসুং চংলীন্দৈদা) হাকাম

লেপ্তুনা থম্মোয় য়ৌনা চল্লবদি মতম খরগী মমুংদা মী অদু পুন্সি তেনবা য়াঙ্গি।

৩। শক্তির চৈরাওবা মুমীকী নোংমচুমা চুপনা নাতোন, নাংতেদা স্বর লৈরবদি মী অদু চহী অমগী মমুংদা শোইদনা শিগ'ন।

৫। কনাগুম্বা মীনা চৎপদা খুৎ অদো চপ মান্ননা হাইরবদি পুন্সি তেল্লে. কারন কারন হায়রদি লৈখিগনি খঙগনি।

৬। ইশাদা অরাম-খোয়াংবা, য়াম্না তুম্নিংবা ফাওরবদি অরাবা নংই

পুক্ ইংবা, শাওনিংবা, অরাবা ফাওরবা অদু ওইরবদি শিবা নক্লে হায়রবা খঙগনি।

৭। তিংলি য়াংলিনিংবা, চেম্লিং চোংনিংবা ফাওরবদি মাইথিবা ফংই।

৮। ইখং-খঙহৌদনা লরাইনে লেংবানে (লেংবান অনি) শোজা মকম অহুম অসি পুম্না চোংলবদি য়াম্না থুনা ঐবু হাংপা লাক্লগনি মকম অদো থাদোক্লনা চৎলো।

৯। থুবাক্না লাইবক্না থম্নগা মিৎ অনিনা হঙ্গৎবা থুজেংদা য়েংবদা থুজেং অদু তৎলবদি পুন্সি তেল্লে, শম্নরবদি লৈখিগনি।

১০। কনাগুম্বা মীনা হৌজিক তৌবা থবক হৌজিক কাওরবা অদুগা

মরম মরক্তা অকাওবনা থল্লবা মী অহু থা অনিগী মনুংদা শি।

১১। কনাগুম্বা অমনা মহাক্কী নাত্তোন মতোল অহু য়েংবদা উবা কংত্রবদি মী মহাক অহু থা তরুক্কী মনুংদা শিরগনি।

১২। কনাগুম্বা মী অমনা মহাক্‌ী মিংকী চিদাই অনিদা খুদোম্না নম্বদা তন্দন মচা মচাগুম্না লংবা মকোই মচা মচা অহু উত্রবদি থা তরুক্কী মনুংদা শিরগনি।

১৩। কনাগুম্বা মী অমনা অহিং অমা মুংখিল অমা চুপনা নাত্তোন নামতদা মুংশাশ্বর হোল্লবদি চহি অহুমগী মনুংদা শোইদনা শিরগনি।

১৪। কনাগুম্বা অমনা ইরুজবা মতমদা থশ্মোয়দা ঈশিংগী মরিক অমত্তা পক্তহনা য়াম্না থুমা ক্যা-কংলহ অহুগুম্বা মী অহু থা ৬ কী মনুংদা শোইদনা শিরগনি।

## ৬। তাইবঙ মরু হুনবা

মুপা মুপী অনিনা পুন্সি লৈপুন ওইমিন্নহনা অকবা মচাধার কংনবা তাইবঙ মরু (চায়) শেম্বনু তাইবঙ মরু হুনবা হায়না খঙনৈ। ইপা-ইপুশিংগী পাউরোদা "ঐগুম্বনা হুমবা মরুবু কোহাম শাংপা হৌনত্রা?" হায়নরম্বাবা অসি য়ুম পানবগী অকুপ্পা মুম্বাল্লোল খঙবনা ওইরমগনি।

হৌজিক খুদম থরদং য়েংশিঃ—

খোইয়ুম য়ুম্থান মুমদিংনবা পুন্সী "পা" হায়বদি "নুপা" থুনিংমক্তী লুবাইদা লৈচং লৈফমলবদা নুপা ওইবা মথৈবু লোইদাম থাজ অমগী মনুংদা নোংকোরৌ অমবু 'চিংউ মরু অচুম্বা' মাগী মাগী শাখোকপা থাক্তা থপান খোয়েং পীওম্বা লৈচু (মশাং মরুনা) সংকাম্নু ভাংঙ্জানবা লৈচু পীরে। লুরাং মরুনা পীবা সংহেন্নু নাপু অরাওবা অমদি থুমন, মরুনা পীবা সংত্রাম্নু মুরৈ সংদানবা মচুবু পীরে। লৈশকপু তানফংনরক্নবা পলেম মমা ওইগদবশিংগী ইমা ফিশেং ১৬ নি শুবা নোংকোরৌবু শাইদুনা লৈনরেদো। লৈফম অসিদা লিক মরু ৯ (মাপল) শুবনিদো।

১। থবান ১ দগী ১০ নি পানবা ফাওবদা থাগী লৈবু লাকপা মীদি লৈচু ভাংঙ্জানবা মচুনি, মমীংনা 'সংকাম্নু' কৌই।

২। থবান ১১ দগী ২০ নি পানবা ফাওবদা লৈবু লাকপদি লৈচু নাপু রাওথাংনগনি মমীংদি 'সংহেন্নু' কৌই।

৩। থবান ২১ দগী ৩০ নি পানবা ফাওবদা লাকপা লৈচুদি মুরৈ-নগনি, মমীংদি 'সংত্রাম্নু' কৌই।

মপোক নুমিৎ অমদি থবান মুম্বা খঙদবা য়াদে, ইপোক নুমিৎ-তগী থিগৎপদা অচুমশুবা নুমিৎ অচু ঐবু মরু চনখিবা নুমিৎনি। ইশাগী চহি ১১ শুবদগী লৈচু পীবা য়াবগী মওং লৈরে। থা থুদিংগী ঐ পোকপা থবান অচুদা ইপোক নুমিৎ তাগন্দে, মরম অচুনা করি-গুম্বা থাদা ঐ পোকখিবা নুমিৎ অমসুং মরু চনখিবা (অচুমশুবা) নুমিৎনা পুবা মতমচুদা ঐগী লৈবু লাকপা য়াই। অয়ুক অমদি

নুংথিল্ পোকপা ওইরবদি নুমীৎ ৬/৬ নি থিগনি অমসুং নুমিদাংদা পোকপা মীশীনা নুমিৎ ৫/৫ নি ঙিগুম্মি অসুমনা থিবা খুদিংগী ভাংকবা খুদিংদা পুং ২$\frac{1}{2}$ (অনিমখায়) লৌগনি।

খুদম অমত্তং যেংশি:— কনাগুম্বা মী অমা থবান ৬ নি যুমশকৈশ্য নুমিৎকী নুংথিলদা পোক্লে। মহাক্কী মক হুনখি। নুমিৎ নিংথৌ-কাবনি, মথং থাগী ৬ নি পানবদা ইরাই নুমিৎ থোক্লে থোক্লিবা ইরাই নুমিত্তগী নুংথিল পোকপা মরম্না নুমিৎ ৬ ৬ নি থিগনি ইরাইদগী ৬ নি শুবা যুমশকৈশনি। অমুক যুমশকৈশংগী ৬ নি পিবদা নিংথৌকংবা ফংলে। হৌজিক খোংফম অনিংন্না মক হুন-খিবা নুমিৎ ফংলে। খোংফম অমদা পুং ২$\frac{1}{2}$ ওইরবদি খোংফম অনিগী পুং ($২\frac{1}{2}+২\frac{1}{2}$)=পুং ৫ ফংলে। হৌজিক, অমুক অমসুং নুংথিলগী মশিং ৬ অমসুং খোংফম অনিগী পুং ৫ অপুনবা পুং (৬ ৫) =পুং ১১ ফংলে। অদুগা ইরাইদগী খোংফম অমুক্তা মপোব নুমিৎ ফংখি, মরম অদুনা পুং ($২^{1}$+৬)=পুং $৮\frac{1}{2}$ (৮.৩০) নি। মরম অদুনা ৬ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৮ ৩০ দগী পুং ১১.০০ ক ওবগী মনুংদা লাকপা য়াই।

কমাগুম্বনা ঈপাল নুমিত্তা নত্রগা (য়ুমশেংবা) নুমিত্তা লাবপা য়াওই।

মরম অদুনা পোকপা থবান ৬তা অমা, (৬+৬) পুং ১২ ঈপাল নুমিত্ত অমা (৬+১২)=পুং ১৮ ঈশেংবা নুমিত্তা অমা হায়বিদা থবন অহুম অসিদা মুম্না রাখল্ ভৌবিগনি, মসুং অহুদি নুমিৎ থা উবা য়াদে। মরূগী কোলোই শোন্দুনা অইত থবক চংথদন

লৈগনি। করিগুম্বা নুমিদাংদা পোক্লবসু খুংথী অমত্তনি মুমীৎ ৫/৫ নীগী চাংদা থীবদা ইপোক মুমীৎ অমদি মরু হুনবা মুমীৎ পোনবা থিগনি। মসিবু 'ঐ মশক খণ্ডবা' হায়না খণ্ডনৈ।

'মুপা পোক্কে মুপী পোক্কে ইনিংবি, ঐগুম্বনা হুনবা মরুবু ফোংনম শাংপা হৌনব্রা' অমুম্না হায়নৈ। মতুংদি ঐগীবু ইশানা উদ্রবদি ঐনা প্রামজক ফংননবা মুনিৎ য়েংহুনা শিন্থবিনি। ঐগোন্দা মক চারি থাজনবা লৈগদবসি চাউরাক্লা থা ১ গা মুমিৎ ১৫ (থা ২ য়েংম) নি, মরম অসিনা মুপীগী কিশেং ভাইবা তাই।

মথু খণ্ডনবদিঃ—

১। মুপীগী অহানবা লৈবু লাকপদি ইমানি।
২। „ ২শুবা „ „ ইচেনি।
৩। „ ৩শুবা „ „ ইতৈমনি।
৪। „ ৪শুবা „ „ ইন্দোম্নি।
৫। „ ৫শুবা „ „ ইচম্নি।
৬। „ ৬শুবা „ „ ইচানি।
৭। „ ৭শুবা „ „ ইমৌনি।
৮। „ ৮শুবা „ „ ইনাও মুপীনি।
৯। „ ৯শুবা „ „ ইমাহন্নি।

অমুম্না

মুপীগী ৫ নিশুবা মুমিত্তা মরু লিখিবদি মুপী ওইগনি, লমচং হত্তবী ওই
,, ৬ নি ,, মুপানি ফত্তবা মচা ওই ।
,, ৭ নি ,, মুপানি ফত্তবা মপোক ওই ।
, ৮ নি , মুপানি ফত্তবা মপোক্নি ।
, ৯ নি , মুপীনি মকয়ে ।
, ১০ নি , মুপানি য়াইফবা ওই ।
, ১১ নি , মুপীনী , .
, ১২ নি , অনিমক ওই পুন্সি শাংই ।
, ১৩ নি , মুপীনি মিং-শিং-নাশিংই ।
, ১৪ নি , মুপানি , , . ।
, ১৫ নি , মুপানি মোহ্ন্ মিংশিং নাশিংই ।
, ১৬ । ; মুপানি পুম্নমক্কী কবা হেন্নি ।

মথক্তা পীব্রিবা ইমা ফিশেং মুমিং য়েংহুনা মরু হুন্নবদি য়াম্না কৈ । মুমিং অসিদা ওই ওইদে করম্না খঙগনি হায়বদি ইমা অমসুং ইপা (মুপা মুপী) অনিমক অতৈ অতৈ মতমদগী মুমিং অসিন' হেন্না মুংঙাইগনি । মুপা মুপী অনিমক চপ মান্নবা পাম্বা ওইগনি । মসিগী মরমদা য়াম্না লৈ মহুদি নিংশা শ্বরগী মরমদসু খঙগনি । 'তেংবানবা মপুনা ঙাইবঙ পানবা শেমগে থোবাংতবপদা ওইগী নিংশা শ্বরবু ঢিংলগা য়েংকী নিংশা থারকপদা লাইনিংথো সর রেন্ন- চিংবা লাই মুপা ময়াম চোংথোরবথি অদুগা য়েংকী 'ং শা

শ্বরবু থিংলগা ওইগী নিংশা শ্বরবু থারকপদা লৈমরেন্নচিংবী লাই-রেম্বীময়াম মপং মথং চোংথোরকখি। অসিদগী লৌছুনা মরু লুনবা মতমদা য়েত্তা নিংশা শ্বর লৈরগনা মুপা অমস্তুং ওইদা নিংশা শ্বর লৈরগা মুপী ওইগনি ত্তাকপীরম্মী।

হৌজিক্তি য়ুম পাল্লবা (মুপী থিরবা) মুপানা মুপীগা হকতিন্নবা মতমদা নমিৎ মিংয়েং চুমবা ৬, নিংশা শ্বর চাউগন্নু হয়েং শিবনা শদৌ থোংলে।ইএ মিৎ চেংকুপ শিয়োইয়ে অদুগা নাম্মু পংলোইয়ে। মুমিৎ থবান মশক খঙনা লিতিন্নগদবনে শোইরবদি অঙাং শোয়না-ইবা নত্রগা থাঙ্‌থক্তা মাংগনিয়ে। মপোক থাগী মপোক মুমিৎত্তা লিতিন্নববদি অঙা পোকপগা মমা নত্রগা মুপা শি তিন্নফয়োই থংও। মুপা মুপীগী মপোক মুমিৎ অমস্তুং মমা মপা অনিগী মপোক মুমিৎ অসিদা তাঙ্গৈবঙ মরু লুনবা ফত্তে। মুপীদা য়াম্না মিহৌরবদি হকচাং মাংই, পোকে হায়না থনবা অঙাংগী চাং লোইব্বা তুংদা মুপী উম্নবা লৎকদবনী। চহী ৩৫ শুবা মীনা থা অমদা ২য়ক (অনিয়ক), চহী ৪৫ শুবা মীনা থা অমদা অমুক্তগী হেল্লবদি স্নামহি লাইবু নিংহবা কৌই ফত্তে।

# ৭। শ্বরগী মরম

থরাঙ্গ মঙ মাদগী লুচিংবা মকোক ওইবদি নিংশা শ্বরনে।

মতম লৈবা খিবিক্তা নিংশানা শাংখা-। চংলু লৈবা খিবিক্তা সোইরোইদবনি, তুমগে হায়রবসু মহাকপু নিংশিংদুনা তুম্মু। তুম্লিংত্রিবৈদা মৈ, ঈশিং-সু শিংনচিংবা লৈবা খিবীকপু নীংশা স্বগী মলুংদা পুশীল্লু অদুগা তুম্মু মসিবু তুম্বদা। নীংবা চাহনীং কোই নীংশা শ্বরবু নত্তনা অথোঈবা লশ্বী ওইগদবা অতোপ্পা লশ্বী অম লৈতে।

অমুক অঙনবা য়াহৌবা মংময়া চয়োল অমগী মলুংদা নিংথোকাবা, য়ুনশকৈশ, ইরাই হায়রিবা নুমিৎ তুমনি অসিদা ওইদা নিংশা শ্বর লৈবা হ এবদি নাতোন, ওই থংবা হাব, মতমদা খোং ওইনা হানা মাং থাহুনা যাত্রা তৌরবদি নোংমা অতুগী খোং-শানবা ওইরে হায়না লৌবা যারে। অসুম তৌরবদি নিংবা থুংই, অফবা মহৈসু ফই অযেৎপা লেতে অমসু হকচাংসু নুংঙাই।

লৈবাকপোকপা শগোলশেন্, থাংজ অমসুং নোংমাইজীং নুমীৎকীদি নিংশা শ্বরনা য়েত্তা লৈবা মতমদা য়েৎকী খোং হান্না থাংদুনা যাত্রা তৌরবদি নিংবা থুংই অমসুং হিরম থুদিংমক্তা অফবা ওই।

নিংশা শ্বর হায়বা অসি পুং অমমম য়েং-দুনা শিন্নদুনা লৈ। হায়বদি য়েং থংবা নাতোন্দা পুং অমা, ওই থংবা নাতোন্দা পুং অমা অসুন্না পুং ২৭ অসি মথং মথং শিন্নদুনা লৈ। মরম অসিনা নিংথোকাবা, য়ুমশকৈশ, ইরাই নুমীংকী অমুক নুমিৎ থোকপা মতম ফংওবা ওই থংবা নাতোন্দা শ্বর লৈরবদি নুমীৎ অমু ওইজ ওইথক

ফত্তৈ, হৌচাং শুঙাই। অদুগা নোংমাইজিং, লৈবাকপোকপা, [illegible]গোলাপ, থাক্ত নুমিৎ অসিগী অয়ুক নুমিৎ থাকপা মতমদা য়েন্তা শ্বর লৈরদি [illegible] [illegible]থক ফত্তৈ, নিংবা থুংই অমসুং হকচাং শুংঙাই। হায়রিবশিং অসি শুম্ন লৈনম্নবদি ফত্তে।

## য়েন্তা নিংশা শ্বর লৈবা মতমদা তৌগদবশিং

১) চাক চাবা ২) মাংবা ৩) লুপা লুপী তান্নবা ৪) ইরুজবা ৫) [illegible] ৬) [illegible] [illegible]) অনকপদা [illegible]নগদবা [illegible] ৮) [illegible] খোংনম অসিগুম্বা মতমশিং অসিদা য়েন্তা [illegible] শ্বর লৈবা মতমদা [illegible]।

## ওইদা শ্বর লৈবা মতমদা তৌগদবশিং

১ লাই থুকম্বা ২। অরা অনা কেরবা তৌবা ৩। হিদাক লাংথক শেম্বা ৪। মহৈ মশিং ভম্বা তৌবা ৫। লম অরাপ্পদা লান চৎপা ৬। লুহোংবগী যাত্রা তৌবা ৭। ফী অহনবা শেৎপা (হোংবা) ৮। অফবা থবক তৌবদা ৯। থৎনবা তাইশিন্নবা ১০। য়ুম শঙ্গাবদা হায়রিবা থবক থৌরাংশিং অসি তৌবা কৈ।

করিগুম্বা মত মদা যাত্রা তৌবা ভারবা অদুগ শ্বরদি অফবা মাইকৈ থোক্রবা অদু ওইরবদি শ্বর অহোবা নাকলগী থোংনা হান্না থাংগনি অদুগা খোং হেক থাবা মতমদা শ্বর চিংশিনগদবা ওই অদুম তৌরবদি ফত্তবা শ্বরগী মাইকৈগী দোষ পুম্নমক কোবই। শ্বরনা

হোবা অমদি ফুনবা চপ মান্নরবদি অচুগুম্বা মতমদা যাত্রনচিংবা থবক তৌবা ফত্তে। মতম অসিনা ঐখোয়না থবক তৌবা, চৎথোক চৎশিননচিংবা খুদীংমক্তা ইশাগী লৈরীবা স্বব অসি যান্না মুন্না চেকশীন্না য়েংচুনা পাংথোক্লবদি অফবা কান্নবা মহৈ ওই। [illegible] তৌনবদা থবক তৌবগা অরাবা ওই পাংথোকপা ঙমদে হায়বা তাই।

# ৮। মাইকৈগী মপু

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। নোংপোক | মাইকৈগী | মপুদি | নোংমাইচিংগী স্বর্গ ওনি। | |
| ২। নোংচুপ | , | , | থাংজ | . |
| ৩। মথা | , | , | লেবাকপোকপা | , |
| ৪। অরাং | , | , | খুমশৈকেক | , |
| ৫। চিংখৈ | , | , | [illegible] | , |
| ৬। সম্লোং | . | , | [illegible] (রাহু) | , |
| ৭। মৈরম্ | , | , | হরাই | , |
| ৮। কৌক্র | , | , | নিংথৌকাবা | , |

# ৯। নুমিৎকী মতুংইন্না মাইকৈ ফঙবা:-

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। নিংথৌকাবা, থাংজ | নুমিত্ত | নোংপোক | চংপা | ফ[illegible]। |
| ২। শগোলশেন | " | মথা | " | "। |
| ৩। নোংমাইজিং | " | নোংচুপ | " | "। |

# ১২ । মীগী চহি চহিগী অফ-ফত্ত খঙনবা

১ । মী অহুগী মশাগী চহিবু মশিং ৭না য়েন্ন অয়েন্বা লৌ, অথুংবা লৌয়োই মতুদিঃ—

| | | | |
|---|---|---|---|
| মশিং | ১ | লেম্বা | অচং-অথোক কৈয়ে, অকবা চহিনি। |
| ,, | ২ | ,, | অপানবা শাগৈ ফংই। |
| ,, | ৩ | ,, | মতু পানবনা য়েংথি। |
| ,, | ৪ | ,, | মথোং মরি পান্বা চংঙে। করিগুম্বা থোক্লবদি মতুং ইন্না থোকও। |
| ,, | ৫ | ,, | থরাই পানবা চংই। |
| ,, | ৬ | ,, | অপানবা চংঙে। |
| ,, | ১০ | ,, | নৈনবা থিবিক ফংঙে। অতুগা মুপীদি লান্দ্রবদি মশিং ১/৩/৫/৭ লেম্বদি ভিব পানবা চংঙে। |

২ । মী অহুগী মশাগী চহিবু মশিং ৯ তিন্ন অদুগা মশিং ৩ না পুরিয়ু অদুগা অতোব যন্দ, মশিং ৭ না যেন্ন অয়েন্বা লৌ, অথুংবা লৌরোই অতুদিঃ—

| | | | |
|---|---|---|---|
| মশিং | ১ | লেম্বা | রাথোকও, খংনা চৈনৈ অতুগা পোং-চৈ মাংই। |
| ,, | ২ | ,, | লন ফংই, পুক্নিং মুংঙাই। |
| ,, | ৩ | ,, | লন ফংই অতুবু অনা অয়েক নই। |
| ,, | ৪ | ,, | মথোং মরি পান্বা ফংই। |
| ,, | ৫ | ,, | নৈপাক ইংথোল ফংই, মীনা চাগ্নে। |
| ,, | ৬ | ,, | লন ফংই। |

, ৭=০, লম থাপনা চৎলি, লন ফংদে মখোং মথুং শোকএ মনা ময়েক শংই।

৩। মশাগী চহিদগী মশিং ১৯ থাম্দোকউ অহুম্না মশিং ৮ না যাবু অরেম্বা অহু মশাগী মপোক হুমিত্তগী হৌরম্বা ১৫ দু। তাবা হুমশং অহুম্না পোকপা মী অহু তিম্মবা ফত্তে।

মীওইবনা লাংকমগী অর'-অনাগী লাং অহুদা থুংত্রিইদা মসং-জৌনমা ঐ ঐখোয় চহি মতাংগী অক ফত্ত লাইনক মযি য়েংগনি। ফংলক্কবা চহি মতং অহু য়োয়রবদি তৌনখোং লাইখাং থিহনা চক থৈগনি। হুমিৎ থাগী খোংচৎ যেংলগা থবক চৎথগনি লাং ফমদি হেনব ওমই। খোইয়েনদি থৈবা য়াই।

৪। লুনা নাদা অনাবগী মরমঃ—মী মহাক পোকপগী থরানমিচাক মশিংনে মশ গী চহিনে (কুম অহুগী শুবা চহি মশিং) অক্ক মশিং ১২ নে পুল্লপ তৌল্লগা মশিং ২৭ না য়েনবদা মশিং ৭/১২/১৬ লেম্লবদি অনাবা য়াম্না লুরে। অদুগা মশিং ৩ | ১০ | ১৯ | ২৫ লেম্বদি লুরবস্থ শিবমক্তি শিদে।

৫। কনাগুম্বা মী অমা নাবদগী শিবা তাররবদি মী মাগী চহিদা মশিং ২ না য়েল্লু অহুগা মশিং ১ লেম্বা পানথৎলকপদা শি অমস্থং ২=০ লেম্বা শিথরকপদা শিএ।

৬। মুপা মুপী মুম্বানমিন্নবগী মরমঃ—

মুপা মুপী অনিমক্কী থরানমিচাক মশিং তৌল্লু মফম অহুম (৩) থোক্লা ইরগা তোঙান তোঙান্না মশিং ২ | ৩ | ৪ না পুরিয়ু। পুরি-বা ফল অহুদা মশিং ৩ | ৪ | ৫ না তোঙান তোঙান্না য়েল্ল

হাপ্নবদি মশিং ২ গীনা ৩ না মশিং ৩ গীনা ৪ না ৪ গীনা ৫ না য়েল্লি। অরেম্বা ফলগী মতুং ইন্না

) ৩ না যেনবা। মিলি নবদি (লেমন্দ্রবদি) লাইবক থিবা য়ুম্বান ওই।

খ) ৪না যেনবদা লেমন্দ্রবদি লাইবা অংোন অতা ওই।

গ) ৫না যেনবদা লেমন্দ্রবদি মচা মশু লৈনদে।

৭) মুপা মুপী অনিগী মপোক মুমিং মশিং তিল্লো অহুগা মশিং ৫না পুরিয়ু, অতাবা ফলদা মশিং ৯না য়েল্লি।

মশিং ১/৩ লেম্নবদি লাইরনৈ।

„ ১/৬ „ ইমাক থুল্লি।

„ ৪/৫ „ ডাই-শেন, চাওখংলি।

„ ৭/৮ „ থোইদোকপা লৈতে।

„ ০/০ „ মমিং চংলে।

৮) মুপা মুপী অনিগী মমিং ময়েক মশিং তিন্নবদা মশিং ৫না য়েল্লি।

মশিং ১ লেম্বা চফুনি।

„ ২ „ ইরান (উয়ান)

„ ৩ „ থারৈ।

„ ৪ „ চেগপ্।

„ ৫=০ „ শুমজিংনি।

)—(

# মপোক্কী ফল

## ১। নোংমাইজিং নুমিত্তা পোকপা

নোংমাইজিং নুমিৎতা পোকপা মীদি মচু ঙাংই, শম মনুংদা শমত্রু লৈয়ে, নাপন চাওই, মকোক চাওই, ফম নাইবা ফংজেয়ে অতুবু মচিন্থিবনা মীনা য়েক্লেয়ে। মীনা ইবাই-থুম্নে, খোন লৌএ, ওকশম শাংই, থ্বাং চৌই, মীগী রা ইনগন্দে, নিংঙাই চাওই মতু মরা হাম্না তম্বা কাইনৈ। মথোং মরি পানবনা শোকই, য়োং থাংনা য়েংথি অতুপা মচাক মরলদি য়াইমবা ওইনা লৈ অমসুং মমা-মপাগী মপান তাংদে।

মী মাগী তৌগদবা শিনফমদি লৌউ-শিংউবা, চানা-থক্রব, অমদি ফৌগী. শিং-উগী থবক, হিদাক-লাংথক শেন্বা, ডাক্টর, মাইবা শাবা, শা-যন লোইবা অসিনচিংনা অসি তৌগল্লি।

কত্তবা চহি মতাং :— চহি ৫ । ৬ । ৯ । ১৪ । ২০ । ২৩ । ২৯ । ৩০ ৩৪ । ৩৯ । ৪২ । ৪৩ । ৫৬ । ৫৮ । ৫৯ । ৭০ ৭১ । ৭৯ । ৮০ । ৮৪ । ৮৭ । ৯৯ ।।

## ২। নিংথৌকাবা নুমিত্তা পোকপা

নিংথৌকাবা নুমিৎতা পোকপা মীদি মাইথোং মকা লামই ফজে, রাঙাং ফজে মবুক তপ্পী অদুবু ইরাং পামই অমসুং থরা লিকপা নত্রগা লৌমিংগনবা ওই। য়াম্না চাদে থজিক্তংনা পেল্লি,

পণ্ডিত ওই গুন চেল্লী, মতুংদা মীনা য়েংথি ঙমচৎ-শাজৎ কৈজে অহুগা মহৈ-মশিং পাম্বা, অহাঙ-অথুম চাবস্থু প্যাখই অমসুং অয়াকপ্যা অচা অথকস্থু হৈমৈ।

মী মাখা তৌগদবা শিনফমদি লৌউবা, হৈ-লৈ থাবা, সনা-লুপা শেম শাবা অসিনচিংবা তৌগল্লি। লাইরিক লাইশু-নচিংবা মহৈ খরা হৈবা, অরাংবা ফগথোন ফংবা অমসুং ঈশিংদা হৈবা পোংকী (জীবা) লম্বোন ইথিব পাম্ই। চহি ৩০ দগী চাওখৎপ্যা ওই।

ফজবা চহি মতাং :—চহি ৯। ১৩। ১৫। ১৮। ২০। ২৪। ৩৪। ৪০ ৫০। ৫১। ৫৫। ৫৮। ৬০। ৭৯। ৮১। ৯০

# ৩। লৈবাকপোকপা নুমিৎতা পোকপা

লৈবাকপোকপা নুমিত্তা পোকপা মীদি মচু রাওথাংনৈ, পুক্তা শমত্রু লৈ, অরাবা লৈচে থোনা কৈ অহুব মীনা তাথি মম-মপাগী মরুন ফংদে, লমজা শরা মচা য়োকল্লি। লৌগদবা য়াম্মী পীগদবা য়ামদে অহুগা নিংবা কয়া থুংদে। মমৈদা অফবা ওই, হৈ-শিংই, মীগী মসী-মপা ওইগল্লি।

মহাক্কী পুন্সিদি লৌউবা, লানগী লুচিংবা, খুংগু-খুংলাই শাবা, হিদাক শেম্বা, শা-শঙ্গ লোইবা অসিংচিংবা তৌগল্লি।

যফবা চহি মতাং :— চহি ৫। ৮। ১২। ১৫। ২০। ২৫। ২৮। ২৯ ৩০। ৩৬। ৪০। ৪৫। ৭১। ৭৭। ৭৪। ৮৭। ৯০

# ৪। য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পোকপা

য়ুমশকৈশ নুমিত্তা পোকপা মীশী মচাদি শংবৈ মবুক তপ্পী, মখোল নৌই, লান্দা থোই লৈবাক নিংথৌনা মশক থংই অহুবু থবাক্ক কয়া শুনিংদে শুনয়বদি মীনা হেনদ হৈত্রবদি পুন্সিদা মাং লিংবা কয়া থুংগনি। লাইরিক-হৈবা, অঙ্ক, শুকথে ক্রী রাজ লৈবা, হিদাক শেম্বা. মাইবা ডাক্টর পাঞ্জি ওবা অসিনচি বা ওইগনি।

মী মহাক্না তৌগদবা থবক্কি পুংইশৈ, লাইবিক লাইগু, পাঞ্জি, ডাক্টর, মাইবা অসিনা থাইদগী হেন্না পরৈ।

শংত্তবা চহি মতাং — চহি ৪। ৭। ৯। ১৩। ১৪। ১৭। ১৮। ২১
২৪। ৩১। ৩৬। ৩৭। ৩৮ ৪২। ৪৬। ৪৯। ৫০
৫৩। ৫৮। ৬০। ৬৭। ৭৪। ৭৭। ৮১। ৮৮

# ৫। শগোলশেন্দ নুমিত্তা পোকপা

শগোলশেন্দ নুমিত্তা পোকপা মীদি মাং মুং হৈবা, থৈজাল -লৈবা বথল লৌশিং চংথোনবা, লাবু নিংবা, অথংবা থাম্বা, লাইরিক্তা থরায় য়াওবা. মিংচৎপা, নাপন চাওবা বর্মিগী মগুন লৈবা অফবা মী ওইগনি: রাথলদি চওই হৈত্রবদি পুন্সিদা লিংবা কাইবা ওই অদুগা পুন্সিদা লৌলোন-ইতিক তৌদুনা চাওথংপা অসিনচিবা তৌগনি।

মী মহাক্না তৌগদবা শিনকমদি মহৈ-মশিং লাইরিক লাইগু

ভূম্বা, নৈবাক নিংধৌগী ফমনাইবা ওইবা, লাইরিক, নৃত্য নৈনবা থবক তৌবা, কল্লোনবনচিংবা পক্লবা ওইগনি।

ফত্তুনা চহি মতাং :— চহি ৪ ২। ৮। ১৩ ১৭। ১৮ ২০। ২৩
২৭। ৩১। ৩৩।। ৪১। ৪৫ ৫০। ৫২। ৫৫। ৫৬
৫৯। ৬১। ৬৭। ৭২। ৭৩। [illegible]। ৭৯। ৮৬

# ৬। ইরাই নুমিত্তা পোকপা

ইরাই নুমিত্তা পোকপা মীশি পুন্সি শাগনি, মুপীনা পামগনি, মশকমু ফজগনি। কেবা মৌব, মচৈ-মাশংদা পুক্নিংচংবা, লাইয়েকপা, মচে-মচনগী ফমনবা, মীয়ামগী, লৈবাকী সেবাদা পুক্নিংচংব খুংগা হৈবা, মবুক লুম্বা, মথৌন, মরিংজোনদ মরৌ লৈবা, ফজ্জী ওত্তবা অসিনচিংবা তৌগনি।

মী মাগী শিনকমদ অকে-অমৌগী শেম শাবা, ঈশৈ, লাইয়েকপা, মথৎ চৌশিং চাওবা, মীয়ামগী ফনবা থবক তৌবা অসিমচিংবা তৌগনি।

ফত্তুনা চহি মতাং :— চহি ২। ৫। ৯। ১২। ১৬। ২৭। ৩০। ৩৩
৪০। ৪৩। ৪৪। ৫০। ৫১। ৫৫। ৫৮। ৬১। ৬৮
৬৯। ৭২। ৭৩। ৮০

# ৭ । থাংজা নুমিংতা পোকপা

থাংজা নুমিত্তা পোকপা মীদি মচু মুইয়ে তাংস্থ তাংই পুক-চেলদি শেংই, কৌশিংস্থ মেংনা শিংই, ঐেহ্ননে িহাই কঙ্গি চাওই শাওরগা য়াম্না শাথি মীবু বিদে ভ্যুদ্ি ি্‌ ে া ক । চংকনবা রাথোক য়ারৈয়চেনবা, মীনা কম্না তুংশিদ্য শুংবা পম্বা মীহৌ চাওবা ওইগনি।

মী মাগী শিনকমদি েৈউ । ে যা , য়োং,হাং শাবা, থাও-থ্‌মগী থবক তৌগনি।

ফত্তবা চহি মত্তাং :— চহি ৬ । ৭ । ৮ । ৯ । ১০ । ১৫ । ১৬ । ২০
২৩ । ২৪ । ২৫ । ৩৬ । ৩৭ । ৪০ । ৪৯ । ৫১ । ৫২
৫৫ । ৫৮ । ৬৩ । ৬৪ । ৬৭ । ৭৩ ৭৪ । ৭৫ । ৭৬
৮১ । ৮২ । ৮৩

)—।



